# শরৎ-সন্ধ্যা

নোংথোম্বম্ কুঞ্জমোহন সিংহ

# শরৎ-সন্ধ্যা

(অঙাং ওইরিঙৈ ১৯৫১ দা ইখিবা উপন্যাস)

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

সুনন্দা পব্লিকেসন্স
উরিপোক, ইম্ফাল-৭৯৫০০১

**Sarat Sandhya** : *a novelette in Manipuri by* ***N. Kunjamohan Singh. Sunanda Publications***








অহানবা ফোঙবা ২০০৫

সুনন্দা পব্লিকেসন্স
উরিপোক য়াম্বেম লৈকাই
ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

মখুম : এন ব্রোজেন

মমল : লুপা ৪০/

ময়েক শাজিনবা : এন ব্রোজেন

ছাপা নম্ফম : টেক্নো প্রেস, ব্রাংখে থাংজম লৈকাই, ইম্ফাল।

হেমাঙ্গ,

খুৎইদা লাইরিক অসি পারগা নঙনা পরেং খরা ইংরাজিদা ইরম্বদো নীংশিংলিব্রা? ঐবু নঙনা য়াম্না থাগৎলম্মি, ইরম্মি - নঙ অফাওবা অইবা অমা ওইয়ুকো। মরূপ, নঙদি তাইবং থাদোক্লুনা চৎখ্রেদো, কয়াতা কুইরবা ! অদুবু নহাক্কী স্মৃতি অমদি নহাক্লা ইরম্বা পরেং খরা অদুদি হৌজিকসু চেৎনা থমজরি।

**অইবসিগী লাইরিক খরা :**

**ৱারীমচা**

চেনখিদ্রবা ঈচেল
ইলিশা অমগী মহাও
থৱানমিচাক অমনা কেনখিবা
বসন্ত মমৈগী কোকিল
পাইরকখিদ্রে চেক্লাচাদো

**লমকোয়ৱারী**

সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা
জি ডি আর ডাইরি

**ৱারেং**

সাহিত্যদা মিৎয়েং অমা
উরুবদা খরা নীংশিংলকপদা খরা

**অনুবাদ**

সন্ধ্যা থাউমৈগী মৈরী (উপন্যাস)
লৈরাং শাৎলসু শাৎত্রবসু (শৈরেং)
হল্লকখিগনি অমুক তোর্বানসিদা (শৈরেং)
গোরা (উপন্যাস)
অতোপ্পা লোনগী ৱারীমচা (সম্পাদন তৌবা)

# ব্রাহৌদোক

উপন্যাস মচা অসি ১৯৫১ দা ইখিবনি ক্লাস এইটতা তম্লিঙৈদা। চহী য়াংখৈমঙারোমসি উপূ মনুংদা তাদুনা লৈরকখি। মরক মরক্তা করি করিগুম্বা মতাংদা অরিবা লাইরিক-লাইশু থিবদা থেংনরুদুনা নুংশিনা নাল্ল-নাল্লদুনা য়েংবদি য়াওখি। ফোঙদোক্কে হায়বদি খক খল্লুদে। ইশাবু ইতোমতনা থাজদবগী বাখল অমা কন্না লৈবগুম তৌখি। মৈতৈরোল তল্লক্তবা, তম্বা ফংলক্তবা, মৈতৈরোল ইবা হৈতবা কাছাড়গী খুঙ্গংদা লৈবা অঙাং অমনা ইবা লাইরিক্লবু পাবা য়াগদ্রা ! ইবা লোইরগা অদুম থমজিনখি। অমুক হন্না পারগা খরা ককথোক-ককশিন শেমদোক শেমজিন তৌবসু লৈখিদে, তৌগেসু খল্লুদে। অহানবগী খুৎই অদুদা অদুম লৈরকখি।

চহী অহুম-মরিরোম মমাঙদা নোংমা বীরমণি লাকখি — গৌহাটিদগী ফোঙবা *ইচেম্মগী* এডিটর ফুরিৎশাবম বীরমণি। হায়রকখি — কাকা, করিনো করিনো খঙদে, ইচেম্মদা চাং নাইনা ইবিদবা য়াদে।

থবক খরা কন্না চিনবা মতাংনি, অদুনা মঙোন্দা হায়- হৌজিক হৌজিক্তি ঐ ঙমগনি হায়বা উদে।

বারী শান-শানা করম হায়নো কদোমদগীনো খংনীং নীংশিংলকখি উপন্যাস মচাদো। মঙোন্দা হায় - নঙনা পাল্লগদি অদুঙৈ অঙাং ওইরিঙৈদা ইখিবা উপন্যাস মচা অমদি লৈ, মদু মথং-মনাও নাইনা ফোঙগে মঙায়রে।

অসুম হায়না ইচেম্মদা মথং-মনাও নাইনা *শরৎ-সন্ধ্যা* ফোঙখি। ফোঙবু ফোঙলবদি ফরসু ফৎত্রসু মী খরগী মিৎয়েং তাবা মশানা তাবনি। কাছাড় কোলেজ, শিলচরদা সিনিয়র লাইব্রেরিয়ান ওইরিবা লাইশ্রম মংলেম্বনা মহাক্কী থিজিন-খোমজিনবগী থবক্তা মরী লৈননা উপন্যাস মচা অসিগী মরমদা করি করিনো ফোনদা ব্রাফম খরা হংলকখি। অদুদগী উন্নবা মতাং অমদা কন্না হায়রকখি- উপন্যাস মচা অসি ফোঙদবা য়াদে, ফজবা ফজদবগী ব্রাদো থমগ্রগা সাহিত্যগী খোঙচৎতা মসিগী ঐতিহাসিক মমল অমদি লৈফম থোকই, শোয়দনা লৈ। মহাক্কী বাহৈ অসিনা ঐঙোন্দা লাইরিক ফোঙদোকপগী ঈব্রায়-ইথিন কন্না পীরকখি।

খুৎইদা লাইরিক অসি ঐগী মরূপ খাইদেম হেমাঙ্গনা পাখি— খুঙ্গং অমত্তদা হৌমিন-

কামিন্নরকপা মরূপনি। পারগা ওক্টোবর ১৪,১৯৫২ দা লাইরিক্কী মমৈদা লামায় অমদা ইংরাজিনা পরেং খরা ইরম্মি – I am very glad to read this book. I pray that you be a great writer...। মরূপকী পরেং খরা অসিনা ঐঙোন্দা লাইরিক অসি ফোঙদোক্তবগী নীংঙমদবা অমা মরক মরক্তা ফাওহন্দুনা লাকখি। লাইরিক অসি ফোঙদোকপদা নীংঙমদবদুমদি কোক্লগনি।

লাইরিক অসি খুৎইদা লৈবা মওং-মতৌ অদুদগী য়ারিমখৈ শেমদোক-শেমজিন তৌদনা পুথোকচরি, বানানগী মতাংদদি পাবা য়াননবা মওংদা খরা হেন্না শেমদোক-শেমজিন তৌজরে। হোয়, শীজিন্নরিবা লোদা-পুদা ৱাহৈ-ৱাতা কনা কনাগুম্বদা ঙক্লা থোকপা য়াই, নোক্লিংনা থোকপসু য়াই। অদুবু মতম অদুগী কাছাড়দা মৈতৈ সমাজগী শক্তম অমদি, মপূং ফাদ্রবসু, মমি-শামিতা ওইনা ওইরসু উবা ফংগনি। মসিগী কান্নবসু লৈতবা নত্তে।

উপন্যাস অসিগী মিংথোলগী মতাংদা মতম অদুদা শিংলিবা নুংশিংনা ঐঙোন্দা ঈৱায়-ইনিন কন্না পীখি। মতম অদো মণিপুরদগী ড্রামা পার্টি খরা লাক্তুনা কাছাড়গী মফম কয়াদা ড্রামা কয়া উৎলখি। ভাবোকশিংনা থৱায় তানা য়েংনখি। শরৎ-পূর্ণিমা কৌবা ড্রামা অমনা থোইদোক্না পাখং-লৈশাবীশিংগী থম্মোয় কায়হনখি, লোন্না লোন্না পিরাং শিম্বহনখি। ঐমক্তি য়েংজহৌদে। অদুমকপু হায়রিবা ড্রামা অদুনা ঐগী উপন্যাসগী মিংথোল থোনবদা ঐঙোন্দা প্রভাব তৌখি। অদুগা মসিমসু পনবা য়াই, লাইরিক অসি ইবসু শরৎকী মতমদনি। হৌজিকসু নীংশিংলি, দুর্গাপূজাগী ছুটিদা ঐখোয়গী মনীংগী লৌবুক্তা শরৎকী লিরি হুম্বা মালংনা অশংবা ফৌনাথক্তা ঈথক-ইপোম হৌহন্দুনা শান্নবা মরক অদুদা নুংথিল-নুমিদাংৱাইরম কয়াদা লৌরী মথক্তা ফান মচা অমা থারগা ঐনা উপন্যাস মচা অসি ইখিবদো। কল্পনাগী শাখপতা নহা ওহৈরিবা ৱাখলনা শংবানবা অতিয়া কোয়থুং থুংনা পাইবদো।

হৌদ্রে অদুঙৈগী পুন্সি অদো। ইপূ-ইবেন ইমা-ইপা ইচা-ইনাও অমদি মরূপ-মপাং কয়া তাইবং-লীলা লোইরদুনা চৎখ্রে। ঐসু নোংমদি শোয়দনা চৎখিগনি। মতম অদু ঙাইবগী ৱাতনি। অদুনা করি করিগুম্বা মতমদা খল্লকই, লাইরিক অসি ফোঙদোক্লমদ্রগদি ইশানা ইশাবু লঙজবগী ইরাল অমা ঐগী লৈহৌরগনি। ৱাখল অসিনসু লাইরিক অসি ফোঙদোকপগী ঈৱাই-ইথিন অমা ঐঙোন্দা কন্না ওইরকখি।

কলকাতা

ডিসেম্বর ৭, ২০০৫

কুঞ্জমোহন সিংহ

# অহানবা পন্দুপ

## অমা

অহানবা উনবা

শরৎ ঋতুগী নুমিদাংবাইরম, মফম খুদিংমক্তা ফজবা খিবিক্লা লৈতেংলবা মতমনি। মালেমগী মাইকৈ পৃম্বদা মিংয়েং তারু-তারুবদা হোংফম খণ্ডদে। কোরৌহনবনা মহাক্কী নোংমগী মথৌদাং লোইরদুনা মালেমদগী বিদায় লৌগদগী থৌরাং তৌরদুনা নিংথিরবা কুচু সনা মানবা, কোইরেক কোয়বা হকচাংগী তশেংবা মওং-মতৌ অদো গুসাইমখৈ উৎলমদা হৌজিক চৎলমদাই অসিদা করিমতা থুপ্লা লৈতনা উৎলমলগা তপ্লা তপ্লা চীংনুংগী ময়ূম তমখরে। অতিয়াগী পাক-চাউখ্রবা শংবান্নবা সমদ্রুগুম্বা হকচাংদা নোং মচেৎ মচেৎনা মওং মওং মচুদা তাউদুনা ময়াম হি-হোনবী শান্নরি। অমুক অমুকসু নোং মচেৎ অনী-হুম্লা তিন্নদুনা চাওখৎলবা একতাগী লীচৎ উৎলি। খরমনা পূকচেল মান্নরক্তদুনা ময়াম পূন্না লৈরম্বদগী তোঙান তোঙান খাইদোক্লদুনা অমবু অমনা নমহৎকদগী লাক্লরি। মালেমগী হকচাং পূম্নমক অশংবা ফিজেৎনা লৈতেং ওইরি। লমহাং লৌবুকতা অশংবা ইন্নফিনা নিংথিজরি। মলয়া নুংশিৎনা নোংচুপ থংবা মাইকৈদগী তৃমিন তৃমিন হূরানবগুম লাক্লদুনা লক্লররি। অমুক অমুকসু ফন্ ফন্ চোংশিল্লক্লনা ইকায়বা হায়বদো মচেৎ অমত্তং ফাওবা য়াওদমখৈ অশংবা ইন্নফি অদুদা থেংলরি। মতম অদুদা ইন্নফি অদো ইপোম নাইদুনা মালেমগী অমুক হেন্না ফজবা উৎলি। চীংগী মাইকৈদনা অনকপদা অশংবা, অথাপ্পদা অমুবা, চূড়াদা ঙাংলৈনবা কোরীমহীনা ইন্নফিগী মপান ওইদুনা ফজবগী মথক্তা অমুক হেন্না ফজহল্লি।

অসিনি শরৎকী ফজবা। অদুগী মথক্তা সন্ধ্যা-বাইরমগা ওইবনে ফজবগী মথক্তা ফজবনা তিল্লরে। মহাক্কা পান্দমনীংঙাই মহাক নত্তনা অতে করিসু লৈত্রে। বর্ণনা তৌদুনা মহাক্কী ফজবা অদো উৎপা ঙম্বা নত্তে, বর্ণনা তৌদুনা লোইবা নাইবা নত্তে।

অসুম্না ফজরবা শরৎনি। বর্ণনা তৌদুনা লোইবা লৈত্রবা, ফজরে হায়না ফাওরিবা বসন্ত - মহাকমকসু শরৎকী মনাক নকলুরগা মহাকপু মীনা ফজৈ হায়না থাগৎনরিবসি থাগৎনররোই হায়বগী কিদুনা শরৎকী মনাক নক্তদুনা শরৎনা পৃথ্বীদগী বিদায় লৌদুনা চৎখ্রবগী মতম কুইনগী মতুংদা তেংবানবদা খোঙদারক্লিবনি।

বসন্তনসু ফজবদা তানবা ফংদ্রবা শরৎ ঋতু অসিগী নুমিদাংবাইরমদা শরৎপু পূক্লিং পেন্না য়েংগে নীংদুনা চহী তরামাথোই-নীথোই শুরবা নুপামচা অমা ফিজেৎ নান্না শেৎতুনা মথন্তা কোয়থোরকই। য়েংঙ-য়েংঙদুনা মপূক্লিং পেনখ্রদুনা মতমগা মহাক্কা লোয়নখিদ্রে।

অসোমদদি মতম কৌবীনদি ঙাইহাক্তং অচিনবা অমা লৈরে হায়দুনসু মিৎকুপ অমত্তং ঙাইয়ু হায়বা য়াদবনিনা লেপ্তুনা তূমিন-তূমিন কনাবুসু তাকতমখে চৎলম্মি। কবিশিংনা হায়, 'মতম অমসুং তুরেলগী ঈচেন্না কনাবুসু ঙাইবিদে।' তৌইগুম্বসুং তুরেলগী ঈচেলদি বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা চাউরবা পন থিংদুনা ঙাইহাক্তংসু পলহনবা ঙমই। মতমবুদি মিৎকূপ অমা ফাওবা থিংবা ঙমদে। অসুম্না মীনা হায়বদা তাদরবী, লাক্লবদা ঙমদরবী মতম্না কনাবুসু নুংশিদুনা ঙাইবিবা লৈতে। অদুনা মতমগী মতুং ইন্না কোরৌহনবসু ময়ূমদা চঙখিদুনা তেংবানবা অসি অমম্বা কৌবীনা লৈগে তৌদুনা খরা খরা লৈখৎলকপদা থাবন্না শরৎকী ফজবা অসি মাঙহল্লোইদগী অতিয়াগী মফম অমদগী থোরক্তুনা লান শোক্লদুনা অমম্ববু তাম্বোকতুনা মহাক্কী মফম শাগৎলকই। অমম্বা হায়বসিনা 'থাবন্না ঙমখিবসে ইকায়খরেদা ময়াম মমাঙদা, মসিবু অমুক্তংদি মায়থীবা পীগে' নীংদুনা নোংবু মহাক্কী মতেঙ খরা পাংবিরনবা হায়রুরে। নোংসু ইখঙ-খঙহৌদনা মুশিন মুবা হিংচাবগী মূর্ত্তিগুম্না লাক্তুনা থাগী মঙাল অমসুং থাবু কূপশিন্দুনা মালেম অপূম্বা অমম্বা সমদ্রুদা লূপহনখরে। অদুদগী ঝম্ ঝম্ তৌদুনা অতিয়াদগী নোং কন্না চুথরক্লে। মালেম পূম্বা অমম্বনা করিমতা উহনখিদ্রে।

ঙসাইগী নুপামচা অদুদি করম তৌরি ? নোং হেক চুথরকপদুদা ময়ূম হল্লগে তৌদুনা খরা চৎলকপগা মম্মনখিদনা চৎপা য়াদরে। অসুম য়েংলকপদা য়ূম অমগী মাঙ্গোনদা থাউমৈ অমা ঙানবা উরে। অদুদগী থাউমৈ অদু তম্না চংঙক্লে। থোঙ্গানদগী শুমাঙ মতোন হেক য়ৌরকপদা য়ূম অদুগী মাঙ্গোনদগী অহন অমনা হংলকই, "কনানো অদুদা লৈরিবা ?"

"ঐহাক্কি খুড়াবু।" নুপামচাদুনা করিমতা চিংনবা লৈতনা খুল্লকই।

অহন অদুনা নুপামচা অদো পে য়াওদদুনা চোৎলবোই নীংদুনা হায়রকই, "লাউ লাউ, চোৎলমাল্লে। মাঙ্গোনদা কাখৎলকউ লাউ।"

নুপামচাদুনা মাঙ্গোনদা কাখৎলকপগা অহন অদুনা হায়রকই, 'পে-কা য়াওদমখৈ কদায়দা চৎলুই ?" অদুদগী নুপামচাদুনা করিমতা খুমদ্রিঙৈদা অমুক হন্না হায়রকই, "নফি নরোল চোৎলে, নারক্কনি। নফি হোংদোকখো। ... লৈরম্মু ঐ ইমুংদগী ফি পুথোরকখিগে।" অসি হায়রগা অহন অদুনা ইমুং চঙদুনা ফি অমা পুথোরক্লগা হোংদোকহল্লে। অদুদগী অমুক্কা হন্না হায়রকই, "ইমুংদা লাউ, মৈ তিকলো, নিংথন্নরিনি।"

নুপামচা অদুসু নিংথম্বা হায়বদুনা ফংলবনিনা মৈ তিকনীংলম্মি। তৌইগুম্বসুং মীগী য়ুমদা হেক চঙগদৌবদো ইকায়বা অমা পোকলে। অদুগী মথক্তা নোংমতসু শকখঙ মায়খঙদ্রিবা ইমুংনি। শকখঙ-মায়খঙনরবদি খরসু ফগদবা। অসুম্না নীংজিং-মাঙজিংনদুনা লৈরিঙৈদা অহন অদুনা মখুৎ পায়দুনা "ইকায়রবনে - কনাসু লৈতে লাউ" হায়দুনা চিংশিনখরে। নিংথম্বনা হেঞ্জিল্লকপদুনা ওইরমাল্লে করিমতা প্রতিবাদ তৌদনা নুপামচা অদুসু চঙখরে।

নিংথম-কাম্বী লোন্নবা শরৎনি। নিংথম্বনা শিল্লমদাইনি হায়ববু ওল্লাংবসু পূমথা থাদোক্তুনা চৎখিদ্রি। অদুম্নদি ওইরগা নোং চুবা অসিদা নিংথম্বনা মপাঙ্গল খরা হেল্লে। নিংথম্মন্দুনা ওইরমাল্লে নুপীমচা চহী নিপান-মাপল শুরবী অমগা হনুবী অমগা ফুঙ্গাদা মৈ হৌগত্তুনা মশূ-মবেল ফক অমদা ফমদুনা মৈ তিক্তুনা লৈরম্মি। মবোক হনুবী অদুনা ব্বারী লীরম্মি, অদুগা মশূ অদুনা তারম্মি।

অহন অদুগা নুপামচাদুগা হেক চংঙকপদা মখোয়গী ব্বারীদো লেপখরে। ফক অমগমুক থাদুনা নুপামচাদুবু ফম্মু হায়দুনা ফমহল্লগা অহন অদুসু ফমথরে। অদুদগী হংলকই, "ইবুঙো, নহাকপু কনাগী মচানো ? ঐবু নোংমতা উখিদ্রি। নমিংনা করি কৌই ?"

নুপামচাদুনা খুমলকই, "খুড়া, ঐখোয় খুন অসিদা ঙরাংতা লাকপনি। পাবগা খঙনরমগদ্রা খঙদে। ঐগী মিংদি শরৎ কৌই।"

"ও, খঙলে খঙলে। হন্দক চন্দ্রপুরদগী য়ুম হোংলকপা কৈশাম কামিনীগী মচা ওইরে। ঐখোয়গদি লুনা তিন্নখরবা পোৎনি। নোংথোম্বম বোকুল হায়রগা ঐবুদি হেক্তা

খঙগনি।" অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা অমুক হংলকই, "নখোয় নচিন-ননাও কয়াদি শুরি ? অদুগা নঙনা করম্বা ক্লাসতা তল্লি ?"

শরৎনা খুমলকই, "ইচিন-ইনাও অতৈ কনাসু লৈতে, ইতোমতনি। ঐহাক ক্লাস সেভেনদা তল্লি।"

বোকুলনা হায়রকই, "নতোমতা ওইরে ! ঐখোয়গী সন্ধ্যাসু মতোমতনি, মহাকসু ক্লাস ফোরদা তল্লি।"

সন্ধ্যা হায়রিসে অতৈ কনাসু নত্তে। মবোক্কী মনাক্তা ফল্লিবী নুপীমচাদুনি। মহাক্কী মমিং সন্ধ্যা কৌই হায়না হেক তাবদা প্রতিবাদ তৌদুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, ঐগী মিং করিসু সন্ধ্যা কৌদে। ঐগী মিংদি শ্রীমতি সন্ধ্যারানী দেবী হায়না ইস্কুলদা কৌই।"

মহাক্কী ৱাদো তাবদা ফল্লিবা ময়ামদো নোক্লকই। মবোক্কা 'অঙাওবীসিদি' হায়দুনা মশাদা নাম্থবি।

অসোমদা ঙসাইগী নোং অদো মহাক্কী অধিকার থাদোক্লমদুনা মালেম অসিবু থাবলদা শিন্নরম্লে। থাবলনা মালেমবু মহাক্কী নিংথিরবা মঙালনা অমুক শেম-শাবা হৌরক্লে।

অসোমদা শরৎসু ফমনীংলক্লে। মরমদি মপাগী মগুণ পূম্নমক মহাক খঙদবা লৈতে। মহাক্না অসিদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা মপানা ময়ূমদা লঙ্কাকাণ্ড হৌরম্লগনি হায়বদো মহাক খঙই। অদুনা হায়রকই, "খুড়াবু, ঐ চৎচরগে, লাইরিক পাবগী মতম থেঙখরে।"

বোকুলনা হৰাও-হৰাওনা হায়রকই, "ফরে, চৎলো চৎলো।"

মবোক হনুবী অদুনা হায়রকই, "মরক মরক্তা কোয়থোরকউকো ইবুঙো। ঐখোয়গী ইমুংসে করিমতা কনাবুসু হঙ্গোইগনু। নয়ূমনি, নয়ূমগী মীনি হায়না নীংঙু।" অদুদগী শরৎনা চৎলগে হায়না হৌগৎলকপদা অমুক্কা হন্না হায়রকই, "লাইরিক্তা মথৱায় য়াওবা অঙাং হায়বসে মান্নদবনি। ওক্তবা মীগা তিন্নগনুকো ইবুঙো। ঐখোয়গী খুনদা নঙগুম্বা অঙাং কয়া লাইরিক খরা খরা তম্লগা ওক্তবা তৌদুনা মাঙদুনা তাদনা লৈরবনি। মখোয় অদুগা তিন্নগনুকো।"

অদুদগী শরৎসু চৎলগে হায়দুনা মপান্দা থোরক্লে। বোকুলসু মপান্দা থোক্লকতুনা হংলকই, "শরৎ! কিব্রা থিনবিয়ুরা ?"

শরৎনা নোকমি নোকমি তৌদুনা খুন্নকই, “থিনদ্রবসু য়াগনি। থাবন্না ’সুক য়াম্না ফবসিদা করিগী কিগনি!” অসি হায়রবন্নগা শরৎনা সন্ধ্যাখোয়গী য়ূমলোমদা অমুক্তং য়েংলম্মি। সন্ধ্যানা থোঙজিন মপান্দা লেপ্তুনা মহাকপু মুন্না য়েংদুনা লৈবদো মহাক উই। তৌইগুম্বসুং শরৎনা কুইনা লেপ্তুনা য়েংবা ঙমদ্রে, মমায় লৈথোক্লুনা থোরক্লে। সন্ধ্যানা শরৎপু উরিবফাও অসুম য়েংদুনা লৈহৌরে।

শরৎপু উখিদ্রবা মতমদুদা থোঙ ঙাশিন্দুনা লাইরিক পারুরগে খন্দুনা মহাক্কী লাইরিক পাফম কাদা চঙপ্লে। তৌইগুম্বসুং মীগী মমোন হায়বসি অঙকপনি! মমাঙদা লাইরিক হাংদোক্লগা পাগে তৌবদা মমোন অদো লাইরিকতা চঙদ্রে, শরৎকী মতুং ইন্দুনা চৎপ্লে।

অসোমদা শরৎনা ময়ূম য়ৌরগা ঙকপনা লোইরে। নুমিদাং য়ৌরফাওবা য়ূমদা হঞ্জিল্লক্লে হায়দুনা মখোয়গীদা থবক শূদুনা লৈবা তোম্বগা চাউবগা মহাকপু থিরুচো হায়দুনা মপানা থারম্লে। য়ূমদা হেক চঙবদা মমাগা মপাগনা মহাক্কী ব্রা ঙাঙনদুনা লৈরম্বদো উরে। মপানা মহাকপু হেক উবগা চৈবা হৌরক্লে। খুম্নুরবদি অমুক হেনবা তারে খন্দুনা শরৎ অপরাধীগুম্না তূমিন্না মরায় লুকথদুনা লৈরে। মপাগী খুৎপাক অদুদগী মচাবু কন্নীংদুনা মমানা মহাকপু কা অমদা পুশিন্দুনা চঙপ্লে।

## অনী

**ম্লুল কাবা**

নহান কোয়থোকলুঙৈদগী নুমিৎ খরনিসি শরৎ মপান্দা কোয়থোকপা চৎলুদ্রে। মহাক কোয়থোকনীংদবদি নত্তে, কোয়থোকনীংঙি। সন্ধ্যাখোয়বু মহাক্না কাউবা লৈত্তে। সন্ধ্যাখোয়গী য়ূমদসু মহাক চৎনীংদবা নত্তে, চৎনীংঙি। তৌইগুম্বসুং মপাবু কিবদগী মহাক মফম অমত্তংদসু চৎথোকপা ঙমদ্রে। ম্লুলদা চৎলবসু খরা ফগদৌবা। অদুবু য়ূম

হোংলকপদা হান্নগী স্কুল অদো থাদোকখৈদগী স্কুল অমত্তংদসু মহাক ভর্তি ওইদ্রি। অদুনা মহাক অসে বন্দীশালাগী বন্দীদৌনা মফম অমত্তংদসু থোকপা ঙমদ্রে, মপাগী অশাওবগী পন্না মহাকপু থিংদুনা থমখ্রে।

অসোমদা সন্ধ্যাসু মহাক্না নোং-নিনি মমাঙদা মখোয়গী যূমদা উন্নখিবা শরৎপু মখোয়গী যূমদা অমুক লাক্কদ্রা হায়দুনা ঙাইদুনা লৈরে। তৌইগুম্বসুং মরিনি শুরফাওবা লাকপা লৈখিদ্রে। স্কুল চৎপদা লাকপ্রা য়েংঙি লাকতে। অমুক-মুকসু খল্লি, মখোয়গী যূমদা চত্তুনা উন্নরুসিরা। অসি খল্লুবা মতম অদুদা ইকায়বা হায়বা তমথীরবা পোৎশক অদুনা লাকতুনা মঙোন্দা হায়রে-'সন্ধ্যা নহাক অসি নুপীমচা নত্তরা? কনাসু খঙনদবা যূম অদুদা নঙনা চৎকে থৌরাং তৌরিবদো অমুক্তং খন্থদুনা য়েংঙু। নহাক্লদি খল্লি, শরৎনা নহাক্তা নখোয়গী যূমদা লাক্লুনা ব্রারী শামিন্নখি। নহাক্লা থোঙজিনদা লেপ্লিখৈদা মহাক্লা নহাকপু মুন্না য়েংখি, অদুনা শক খঙলমগনি। তৌইগুম্বসুং নহাক খঙদ্রা—শরৎ হায়বসে ইনাকখুনবা মচানি, তাৎ তৌশিন্নবা ওইরম্লবদি নহানগীদো। ইনাকখুনবা মচাবু করি থাজনীংঙাই লৈ? খঙলবসু লাইরবা মচাবুদি খঙদে হায়না ইরায়-লায়না হেক্তা হায়বনি। নুমিৎ খুদিংগী থোক্লিবা থৌদোক অসি নহাক খঙদ্রা? নহাক্লা মখোয়গী ময়ূমদা চৎলুরগা, নহাক্লা খঙনবা শরৎনসু খঙশিন্নদা, মমা-মপা অতৈ কনানসু খঙদা তূমিন্না হূরানবী শারুগেরা?' মহাক্কী ব্রাহৈ অসি তাবদা সন্ধ্যা নীংলম্বা ব্রাখল অদো হেক থাদোকই। অসুম তৌদুনা মহাক্লা শরৎপু ঙাইরকপসি পূং অমবুনা নোংমা, নোংমবুনা থা অমা ওইরবোই হায়না ভ্রম তৌরকই। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী ভ্রম অসে কুইবদি কুইহৌদ্রে সংশোধন তৌবদা। মঙানি শুবা নুমিত্তা স্কুলদা শরৎসু ভর্তি ওইদুনা সন্ধ্যানা উয়নীংবা মহাকতো উন্নজরে।

মদুগী নুমিৎ অদুদা সন্ধ্যানা ঙসিদি খরা ঙন্না স্কুল কারুগে হায়দুনা নুত্তিগী চৎপা মতমদগী য়াম্না ঙন্না স্কুল কারকই। শরৎসু নৌনা ভর্তি ওইবা অমসুং অহানবা স্কুল কাবা নুমিৎনি হায়দুনা খরা ঙন্না কারকই। ঙন্না কাবা ছাত্র-মচা খরদং নত্তনা অতৈ কনা লাক্লদ্রি। অদুমক ওইদুনসু সহরগী লম্বীনি, নোং ফুং হেক ঙানবদগী হৌরদুনা মীনা ক্রিক ক্রিক ঈন্নরিবনি।

শরৎনা খোঙথাং কন্না প্রপ প্রপ লাক্লিখৈ মতমদা ইখঙ খঙহৌদনা তুংলোমদগী মোটোর গাড়ী অমা হোর্ন পীরদুনা কন্না থৌজিল্লকই। লম্বেল ময়ায়দা চৎলম্বা মী ময়াম

অদু নাকন নাকন্দা হন্দোক্লরকই। গাড়ী অদুনা মনাক হেক য়ৌরকপা মতমদা নুপা অমখক্লা খোঙথাং কনমনখিদুনা শরৎপু নাকন অমরোমদগী দং হেক থেংঙকই। শরৎসু ঙাকপা ঙমহৌদদুনা মনাক্তা চৎলবী নুপীমচা অমদা থেংই। গাড়ীদুনা মপা লাম্থোকত্থনা চৎখরবদা শরৎনা নুপীমচা অদো খরা নারমাল্লে খন্দুনা ব্লারৌগনু হায়গে তৌদুনা মমায় হেক ওনশিল্লকপদা মিৎ মরি অদো অমনা অমবু য়েংনবদা চপ লেপখ্রে। শরৎকী মচীন্দগী ব্রাহে অমত্তা থোকখিদ্রে। নোকফেৎ তৌবা মায়থোঙ অনীদু ঙাইহাক্তং ওনশিন্নে। মখোঙশিং অদু থাংবা লেপ্তুনা চপ লেপখরে। ঙাইহাক অসুম তৌদুনা লৈরুরগা শরৎকী মচীন্দগী থোরকই - "সন্ধ্যা....।" ব্রাহে অতৈ থোরক্লে। মহাক্না হায়গদৌরিবা ব্রা অদো খঙলদুনা সন্ধ্যানা খুমলকই- "ঐ করিমতা নাদে, লম্বেলদা চৎপদবু অমনা অমবু থেংদনা চৎপা য়াব্রা ?" তৌবদি সন্ধ্যা নাদবদি নত্তে, থেংজিন্নবদুনা অনাবা খরদি ফাওরিবনি। শরৎকী মমাঙদা ইকায়দুনা হায়শিন্নরিবনি। অদুদগী শরৎনা হায়রকই -"চৎলসি।" সন্ধ্যাসু নোকফেৎ তৌবা মিৎচিনা হায়রকই- "চৎলসি।" অনী অদুগী নোকফেৎ তৌবা মায়থোঙ অনীদো য়েংন-য়েংনদুনা চৎপা হৌরকই।

খরা চৎলগা সন্ধ্যানা খঙন-খঙনা খঙশিন্নদদুনা শরৎপু করম্বা ক্লাসতা তন্নিবা, করম্বা স্কুলদা ভর্ত্তি ওইরবা, হান্না করম্বা খুলদা লৈরম্বা- অসিগুম্বা ব্রাহং কয়া কয়া হংঙকই। শরৎসু অদুম পাউখুম পী। অদুদগী সন্ধ্যানা হংঙকই-"নহানমখৈদি মপান সুকথোক থোরক্লিবা করিগীনো ? মীনা অঙাংমচানি হায়দুনা ফাখিগনি কিব্রনে ?"

শরৎনা খুন্নকই- "নখোয়গী নবোক হনুবী অদুবু কিদুনা থোরক্লিবনি। নহাক্কী শান্নবা ফাদুনা থমখ্রদি !" অসি হায়রগা নোকফেৎ তৌই।

সন্ধ্যানা হায়রকই - "অদুগা ঙসিদি লাকতবা য়াদে ঐখোয়গী য়ূমদা। লাকত্রবদি-" হায়ফম খঙত্রদুনা অসিতং হায়রগা তূমিন লৈথোকখ্রে।

লেম্না তোকপা নুপামচাদুদি নত্তবনিনা শরৎনা হায়রকই - "লাকত্রবদি করি তৌগে খল্লিবা? য়ূমদগী ফাদুনা পুগনি, নৎত্রা? ফৈ লাকচগনি, সন্ধ্যারানীগী হুকুমবু ইনদবা ঙমত্রা ?"

মহাক্কী ব্রা অসি তাবদা সন্ধ্যা ইকায়মনখিদুনা ব্রা অতৈ ঙাঙদ্রে। শরৎনা অসি হায়রমদ্রবদি সন্ধ্যাগী মচীন্দগী ব্রাহং অতৈসু থোরকখিগদবনি।

সন্ধ্যানা ব্রা অতৈ ঙাঙলক্করোই হায়বা খঙলদুনা শরৎনা হায়রকই "নখোয়গী য়ূমদা লাক্লগা করি পীজগনি?"

"ফরে, তোক্লো, য়ূমদা...." অতৈসু করিনো হায়গে তৌবদা হায়বা ঙমদদুনা ব্রাদো অমরোমদা পুথোক্লুনা সন্ধ্যানা হায়রকই- "ঙসিদি শোয়ব-কা য়াদে।"

অদুদগী মখোয়গী গার্ল স্কুল মপা য়ৌরদুনা হায়রকই- "চৎলো, চঙহৌরগে" অসি হায়রগা অমুক্তা য়ুরোপিয়ান স্টাইলদা 'টা টা' হায়রম্নগা স্কুলরোমদা চঙখ্রে। শরৎসু 'টা টা' হায়দুনা ওক্লগা মখোয়গী স্কুল তম্মা কন্না খোঙ থাংলক্লে।

ক্লাসতা ক্লাস-মাস্টরনা শরৎপু য়েংদুনা হায়রকই- "শরৎ, নমোন চঙনা লাইরিক তম্মু। নখোয়গীদি লুপা পৈশাগী অৱাৎপা লৈতবনিনা আ-য়ৌনা ফাওবা তম্বা ঙমগনি। নথন্তা পোকই ইনাক খুল্লি হায়দুনসু থোইদোক্লা হেন্না কেথোকপা তৌগনু, অরেম্বদা লুপা পৈশা লংশেকপা তৌগনু। লাইরিক তম্বা মচা পূম্নমক্লা নীংগদৌবদি 'ঐহাক্লা লাইরিক তমদুনা জ্ঞান উপার্জন তৌরগা মদুবু স্বার্থগীদমক নমশিন্দুনা থম্বা চুমদে, দেশকী জাতিগী সমাজগী মানবজাতিগী ফননবা হোৎনবদা শীজিন্নগদবনি। স্বার্থগীদমক নীংবদি উচেক-ব্রায়া শা-কৈগা মান্নরবা মীশিংতনা নীংবনি। ইমা লৈপাকপু সেবা তৌবদা ফংবা অশেংবা নুংঙাইবা হরাওবা অসিগুম্বা অতৈ করিগুম্বদগী ফংবা ঙম্লোই।' অসিগুম্বা ব্রা অতৈ কয়াসু হায়দুনা ওজা অসিনা ছাত্র-মচাশিং অদুবু ভবিষ্যৎতা মী অমা ওইনবগীদমক তাকপি-তিকপিদুনা লাক্লে। ঙসিতসু নত্তে মহাক্লা অঙাংশিংদা পাউতাক পীরিবসি মহাক্লা ওঝা ওইঙৈদগী হৌরদুনা ছাত্রশিংবু মী ওইনবগীদমক অফ-অফবা পাউতাক কয়া পীরক্লিবনি।

ওজা অসি অতৈ কনাসু নত্তে, সন্ধ্যাগী মপা নোংথোম্বম বোকুল সিংহনি। মহাক অসি য়াম্না ব্রানা লাইরিক বি এ য়ৌবা ফাওবা তমজহৌই। লাইরবগী মরম্না মাস্টরী তৌদুনা সংসার পুরিবনি। মাস্টরী তৌববু মহাক্লা দেশ সেবাগী মতেংনি নীংদুনা মমোন্দা নুংঙাইজে। ছাত্রশিংনা মহাকপু শিক্ষাগুরুনি খন্দুনসু ব্যবহার তৌই, অমরোমদনা ময়াম্বনি মরূপনি হায়দুনসু লুনা নীংই। ছাত্রশিংতসু নত্তে; শিক্ষিত সম্প্রদায় অমসুং জ্ঞানীশিংনসু মহাকপু য়াম্না থাগৎলি। তৌইগুম্বসুং সমাজদা লৈরিবা আনি পাম্বা, সংস্কৃত শ্লোক অম-নীখক চীনফাদা পুবা অদুগা অর্থদি 'মহা-ভার-তেরো-কথা' গী অর্থগুম্না খঙনরিবা অহনশিং অদুনদি মহাকপু য়েংবা শুকঙম ঙমদে। মরমদি

বোকুলনা সমাজগী কুসংস্কার শেংদোকপদা মখোয়গী মমিং অমসুং আনি অনীমক য়াওশ্ননি হায়না মখোয়না কি। বোকুলবু মখোয়না সমাজদা তিন্নহল্লোইদগী হোৎনরকপা মতম কুইরে। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মরাইবক থীবা হায়গদ্রা করিনো, মখোয়গী লাক্লবদো করিমতা কান্নবা ফংদ্রি। অদু ওইদুনসু বোকুলদি মখোয়গী ষড়যন্ত্র অদু কিদুনা মহাক্কী তৌগদবা থবকশিং তৌবা লেপ্পা তৌদে। মহাক্না তৌজরিবা সমাজ সংস্কারগী থবকশিং অদুবু অফবা থবক্নি নীংদুনা থৱায়-পূক্নিং চঙনা হোৎনজে।

## অহম

লৈ পরেং হুকপা

বোকুলখোয়গী য়ুমগী নোংপোক থংবা মাইকৈদা সোরোকতগীসু খরা থাপ্তুক তৌবা মফম অমদা চীংদুম মচা অমখক ময়ামদগী তোপ তোপ্না মথন্তা লৈ। চীংদুম মচা অদুবু বোকুলনা অবেম্বদা মাঙদুনা তাদুনা লৈহনদে। মফম অসিদা মহাক্না নীংথিজববা লৈকোল অমা শেমই। লৈকোল অদুগী মপান ইকোয়-কোয়না অমসুং ময়ায়দা মরক -মবক্তা উজাউ ময়াম্না মপাঙ্গল শোল্লবী লৈরাং পাম্বী ময়াম অদুবু মশা ফন্না লৈদুনা ফত্তবশিংগী মখুত্তগী কন্ননবগীদমক ঙাক শেন্দুনা লৈ। লৈকোল অদুদা লৈতবা লৈরাংগী মশীং থোইদোক্না য়াওদে। পরেং অমদা গুলাপ, জবাকুসুম, কবোকলৈ, কুন্দো অসিনচিংবা লৈরাংশিং অসিনা মশা মশাগী লৈজবা ফজবা পূম্নমক পুথোক্তুনা লৈতেংজরি; অতোপ্পা মফম অমদনা যাতি, যূতি, সিঙ্গারৈনচিংবা লৈরাং কয়ানা লৈতেংদুনা লৈরি; মখোয়গী মরক-মরক অদুদা মপাঙ্গল শোল্লবী তাংজবী লৈরাং কয়াবুসু আশ্রয় পীবিদুনা মখোয় অদুবু কনবিরি। উজাউগী মপোক্তা পোক্লবী লৈরাং — লৈহাউ, নাগেশ্বর, বকুল, কৃষ্ণচূড়া অসিনচিংবা কয়ানা থাপ্তুক থাপ্তুক লৈদুনা ফজবগী খম থেংবা উৎলি। লৈকোল অসিগী নোংচুপ থংবা মাইকৈদা নৃংফৌ তুরেলনা লাক্তুনা

মহাকপু চুপলন্নগা লম্বেল অমা হোংদুনা চৎপ্প্রি। নোংজু-থাদা তুরেল অসিনা চাউথোরক্তুনা ঙংদুনা ঈচেল কন্না চেনবদা লৈকোলগী নীংথিজবা অমুক্তা হেঙ্গৎহল্লি। শরৎ ঋতুদা তপ্পা চেনবা ইপোম নাইবা ঈচেল মথক্তা থাবলগী মঙালনা শান্নরবদো উরবদি সংসার অসিদা ফজদবা হায়বদো লোইনা মাঙখিদুনা ফজবা নীংথিবা ঙাক্তা ওইরবোই খল্লক্কনি। বসন্তগী মতমদা কোকিলনা উশাথক্তা তোংদুনা পুক্লিং হূরবা খোঞ্জেলনা খোংলিঙৈদা লৈকোল অসিদা চঙলবদি সংসারগী অৱাবা পুম্নমক কাউখিদুনা নুংঙাইরবা নুংশি-ঈপাক্তা তাউদুনা লৈবগী তাঞ্জা অদো ফংগনি। অয়ুক অঙনবদা লৈরাংশিংনা লৈকা ফন্না শাৎচরকপা মতমদা খোইমু লাব-অমোম্না ঙংনা ঙংনা লৈহিক চুপচরিঙৈদা নোংপোকথংবা মাইকৈদগী ঙাংঙ্গানবা মঙালনা লৈকোল তম্না ফৃজিল্লকপা তাঞ্জা অদুগী দৃশ্যনা কয়া য়াম্না ফজবগে হায়বদো মিৎনা উদনা থাজবা ঙম্লোই। মালংবনা লিরি লিরি হুল্লদুনা লৈশাৎ তম্বা কুইদ্রিবী লৈরাংশিংগী লৈনম হুমদুনা মাইকৈ পুম্বা চাইথোরকপা অদুদি সংসার অসি পবিত্র ওইদুনা শান্তিগী স্বর্গ ওইরবোই খল্লকই।

লৈকোন অসিদা নোংমা নুমিদাংৱাইরমগী মতমদা বকুল পাম্বী অমগী মখোঙদা ফমদুনা নুপীমচা অমনা বকুল পরেং লেংনা লেংনা নুপামচা অমদা হায়রকই -"তামো-।" অদুদগী ইকায়মনখিদুনা ৱা মখা তাবা ঙমদ্রে। মহাক্তা নুপামচাদুবু 'তামো' হায়না কৌবসি ঙসিনা অহানবনি।

নুপামচা অদুনা হায়রকই- "সন্ধ্যা, কনানা নহাকপু ঐঙোন্দা তামো কৌ হায়না তাক্লিবনো?"

"ঐগী ইমোন্না," নুপীমচা অদুনা মমায় লুকথদুনা খুন্নকই।

"নহাক্কী নমোন্না ! নমোন হায়দুবু কদায়দা লৈবগে?"

"মহাক্কী লৈফমবু!" নোকফেৎ তৌরদুনা সন্ধ্যানা খুন্নকই- "নঙনা খঙলিবা মফম অদুদা।"

"ফরে, সন্ধ্যা হায়যু নঙনা হয়েং চাউরগা লাইরিক য়াম্না তন্নগা করি থবক তৌগনি?"

সন্ধ্যানা খুন্নকই- "ঐনা হয়েং চাউরগা ! - নঙনা খঙলিবা অদুমঙাই। নুপীনা চাওখৎলগা পুম্নমক লোইনা চাওখৎপনি হায়না নেতাশিংনা হায়নে। অদুনা ঐসু নুপীশিংগী চাওখৎনবা হোৎনগে হায়না নীংই। নুপীশিংগী স্বাধীনতাগী অধিকার

নুপাশিংদা বন্দোক থমখিবদো লোইনা হন্দোক্কনি। অদুগা নওদি - দেশ সেবা, লেখক-নত্তরা?"

"হোয়, মদু নত্তনা ঐনা পামজবা থবক্তি কদায়দগী কোৎলুনি।" সন্ধ্যানা লৈ পরেং অনী লেংবা লোইরদুনা হায়রকই - "লাউ, অতৈসু য়েংলুসি।" অসি হায়রগা মহাক্না মাও থাদুনা লৈ পাম্বী ময়ামদো খুদোম্বী থিল্ল-থিল্লদুনা তাক্লকই -অসিনা সনারৈনি, অসিনা যাতিনি, অসিনা যূতিনি- অসুম্না মমিং হায়র-হায়দুনা চৎখৎলি। শরৎসু মতুংদা লৈ-পাম্বীশিংদো য়েংল-য়েংলদুনা ইন্নে।

শরৎ হান্নগী অদুম হায়না থোইনা চখোক খোত্তোকতবা তৌদ্রে। স্কুল ছুটি ওইবগা টিফিন চারগা সন্ধ্যাখোয়গীদা লাকপসে তত্তে হায়বসু য়াই। ঙসিদি সন্ধ্যানা মখোয়গী লৈকোন য়েংলুসি হায়দুনা মখোয় অনীতা লাক্লিবনি।

অসুম চৎতুনা মখোয় অনী তুরেলনা চেল্লিবা অদোমদসু য়ৌরুরে। মফম অমদা নৌনা হৌগৎচরকপী অপরাজিতা মরী অমনা সিঙ্গারে পাম্বীমচা অমদা য়েৎতুনা লৈবদো উরদুনা সন্ধ্যাদা হায়রকই "য়েংঙু, কয়াতা ফজখরবনো, অপরাজিতা পাম্বী অসিনা সিঙ্গারে পাম্বী মচা অসিদা তাংজবী ওইবনা য়েৎকদগী লাক্লরিবসে, অঙাওবা নুংশি হৈতবা মালংবনা হুমদোকপিখিনি কিবনা মপাঙ্গল লৈবমখৈ থাদুনা য়েৎচরিবসে—সে, নও অমা হুকউ, ঐ অমা হুক্কে — মালংবনা হুমদোকপা ঙমদনবা।" অসি হায়রগা পরেং অমা শরৎতা পীদুনা অমনা মশানা পরেং অমা লৈ পাম্বী অনীদুদা পুল্লপ হুকচিনবিরে। শরৎসু হুকচিনবিরে পাম্বী অনীদুদা। অদুদগী নুমিৎ তাগদৌরে হায়দুনা মখোয় অনী ময়ূম ময়ূমদা হন্নরক্লে।

নুমিৎ অসিদগী হৌরদুনা মখোয় অনীগী মমোন্দা মখোয় অনীনা লৈ পরেং হুক্লম্বা অপরাজিতা অমসুং সিঙ্গারে অনীদুগী মতৌদো কাউবা লৈখিদরে। শরৎকী মমোন্দদি সন্ধ্যাগী ৱা অমসু মদুগা লোয়ননা কাউবা য়াদদুনা লৈরে — মহাক্না হায়খিবা 'মালংবনা হুমদোকপিখিনি কিবনা' হায়বদো ঙাইহাক কাংদনা নীংশিংদুনা লৈরে।

# অনীশুবা পন্দুপ
## অমা

**য়াশকুবা**

মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না চহী কুমজা কয়ানা লাক্লন্নগা তেংবানবা অসিগী মশক-মশা ওন্থোকপিরম মাক্কী মাক্কী তৌগদবা মথৌ পুম্নমক তৌদুনা চৎখ্রে। চহী কয়াগী মমাঙদা লৈরম্বা শক্তম অদো পুংহোং হোংখিবসু য়াওখ্রে, খরমনা উচ্ছন্ন ওইদুনা মাঙবা য়াওখ্রে, মপুঙ্গি লৈদুনা তুমহৌদবা খরা অদুসু চহী কয়াগী মমাঙদা লৈরম্বা ফিভম অদুদা লৈত্রে; খরমনা হান্না লৈরম্বা মশক মগুণ মূর্ত্তি অদুদগী হেন্না ফরকই, খরমনা হান্নগীদগী হেন্না ফৎচিল্লক্কে। ওন্থোকপনি মতমগী ঈচেল !

মতমগী খুৎশেম মতুং ইন্না শরৎ অমসুং সন্ধ্যা মমাঙঙৈগী অঙাংদৌনা লৈত্রে, চাউরক্লে, পাখং-লৈশাবী হায়বদো ফারক্লে। হান্না সন্ধ্যাখোয়দা চৎতুনা শান্নবদো হৌজিক্তি শান্নদরে, সন্ধ্যাখোয়গী লৈকোনদা চৎতুনা লৈ-শু য়েংমিন্নবদো তোকখ্রে। হৌজিক্তি সন্ধ্যাখোয়দা তোয়নসু চত্তরে, অদুমকপু পুমতোক তোকপদি নত্তে, মরক মরক্তা চৎলি।

নোংমা জন্মাষ্টগী নুমিৎনি। নুমিদাং-য়াইরম অদো লিক্লোন শান্নবগী নোম্বদা পাখং-নুজা কয়া মৈচ্রাং হৌখ্রে। পাখং নুজা কয়ানা মতম কুইনদগী হায়নরকখিবা, পাউ থানদুনা লাক্লিবা তাঙ্গা অসি মাঙহল্লোইসি খন্নখ্রে।

নুমিদাং য়ৌরক্লে। পাখং-লৈশাবী ময়াম হৌদুনা গেজ-থাউমৈ অমা থাব্দুনা লিক্লোন শান্নবা হৌখ্রে। লৈশাবী মনাক ফম্লিংবা পাখং খরনা মাঙ্গোব্দা চঙশিন্দুনা লৈশাবীশিংদুগা ক্রিক্ ক্রিক্ ঈন্ননা ফমখ্রে। অহন-লম্মন লোইনা তুম্মখ্রবনিনা তৌনীংবতা তৌরে। অসোমদা লিক্লোন শান্নরিবা য়ুম অদুগী শুমাঙ মতোন্দা ফমদুনা পাখং অনীখক তুমিন্না ঙাঙনরি। পাখং অমনা হায়রকই- "ঙসি সন্ধ্যানা লাকত্রিবসি করিগীনো, নঙ খঙব্রা?"

পাখং অমদুনা খুন্নকই- "করিসু কান্নরোই শকথি নহাক্না তৌরিবসে। মপাদি অসুম হায়না নুমিদাংদা কনামতা য়াওদনা মচানুপী থাবদি কেদৌঙেদসু থারোই। অসিগুম্বা ঐখোয়গী মৈতৈগী করিসু কান্নদবদা লুপা পৈশা লংশেন্তুনা ওক্তবা তম্বা হায়বসে মপা-মচা অনীমক য়াদবনি। অদুনা লাকত্রিবনি।"

শকথিনা হায়রকই- "মহাক্না পামদবা থবক্তো তৌদ্রগা 'দুঙাইদনা। ঐনা অসুক কুইনা নীংঙকলিবসি নোংমতসু..."

" নহাক্কদি আশা ফরিদো। অসোমদদি করি তৌরি খঙব্রা?"

"করি তৌরিবা?"

"সন্ধ্যানা নুংশিজবা, লাইরিকসু হৈবা, মশক-মতৌসু ফজবা, লনথুমসু ব্রাত্তবা শরৎ লৈরি। মহাকপু থাদোক্তুনা নহাকপু নুংশিবিয়ু হায়বা য়ারোই। অদুননি ঐনা নহাকপু নহাক্না তৌরিবা নীংঙিবসে করিসু কান্নদবনি হায়রিবা।"

শকথিনা ব্রাহৈ অদো তাবদা শাউনীংবনে ইকায়বনে হায়রকই-"করি? সন্ধ্যানা শরৎপু নুংশ হায়বা! ফরে খঙগনি। ঐগী আশাদি কায়হল্লোই। যেসা উপায় অমা তৌদুনা মখোয় কায়নহন্দবা য়াদে। অদুদগীদি সন্ধ্যাদা হায়দুনা য়েংগনি, অদুদা য়ারকত্রগনা নমদুনা ফাদুনা লৌগনি। মহাক্কুম্বী নুপীমচা হায়য়ে, মহাক্তগী হেনবা লৈশাবী অনী ফাদুনা খরনি পান্নরগা থাইনবা ঙম্লিবা ঐঙোন্দা। শকথি ঐঙোন্দা লৈজবদি মরাইবক ফজবনি।"

অদুদগী পাখং অমা লাক্তুনা মখোয় অনীমক তূমিন তূমিন লৈনখ্রে। লাক্লিবা পাখং অদুনা মাঙ্গোন্দা লিক্কোন শান্নরিবা অসিদা মহাক্না অসুম্না হেক তৌবা অদা হেক তৌবা, লৈশাবী অমগা মিৎচান্নবা অসিনচিংবা ব্রা কয়া তম্লে। অদুদগী 'কুম্মে য়াম্না নুংঙাইরে, ময়াম্না তৌনরিবা মতৌ অসি য়েংঙুসি' হায়দুনা মখোয় অহুম্মক মাঙ্গোল্লোমদা চঙশিনখ্রে।

অসুম অসুম তৌদুনা নোংয়াই খরা লাম্থরক্লে। নিপান্নি কোনবগী থাজনা নোংপোকথংবা মাইকৈদগী মপৈ মপৈ লৈরিবা নোং মরক্তগী লিংথোরক্লে। থাবলনা পামেল উপাল কয়াগী মমায়দা য়ৈররে, মমায়শিং অদো ইরং-ইরং লংখৎলক্লে, অদুগা মখাদা মরুম্না পামেল-উপালশিং অদুদগী হেন্না চাউবা ফজরবা চিত্র য়েক্লি। অঙানবগা অমম্বগা মচেৎ মচেৎ তিম্নদুনা মালেম অসি ফজরবা ফিজেৎনা লৈতেংখ্রে, পূক্লিং হূরবা

দৃশ্য অসিনা চিক্লবা অহিঙদা পাখং-নুজাশিংগী নুংশি-ঈচেলদা ঈনোৎ হাপখ্রে। মন্দির মনাক্তা শাৎলিবা লৈরাং—কামিনী, যাতি, যূতিশিংগী নুংশিরবা ঈংলবা লৈনম মালংবনা হুমদুনা পুরক্লুনা নুংশি-ঈচেলদা তাউরিবা পাখং-নুজাশিংগী থম্মোয়নুংদা ঈথক-ইপোম হৌহল্লরে।

থা থোরক্লে। লাই-আরতি তৌরসি হায়দুনা লিক্কোন তোক্লদুনা পাখং-লৈশাবীশিং মন্দিররোমদা চৎনখ্রে। নুজা অমদি ময়াম্মা আরতিগী থৌরাং তৌরিবা অদোমদা য়াওদদুনা পাখং অমগা থাবলগী মঙাল ফংদবা মরুম অমদা চিক্লা ৱারী শান্নদুনা লৈরি। মফম অদো বকুল পাম্বী অমগী মখোঙনি। বকুল পাম্বী অদুগী মনা কূংলবা ফল্লবা মশা-মরেংশিংদো লৈমায়রোমদা লূকথদুনা পেগী মওং শাদুনা কূপশিনবনা ইমম-মম্বগুম তৌই। পাখং অদুনা হায়রকই- " শেফালী ঙসিদি অরেপ্পা ৱা অমা হায়রো। ঐগী নুংশিবগী মায় ঙাকপা ঙমগদৌরিব্রা ঙল্লোইদৌরিব্রা? শেংনা হায়রো।"

নুজা ওইবীনিনা শেফালীদি করি হায়না খুমগনি! খুমফম খঙদে। থম্মোয়নুংদা হৌরিবা নুংশি-ঈচেলগী ঈথক-ইপোম্মা মমোনগী সেকতাইদা থেংলদুনা মরাং হৌহল্লরি। মানা নুংশিজবা হেমন্তনা ঙাঙলিবা ৱাহে খুদিংমক মহাক্কী থম্মোয় ঈরাং হৌহল্লি। মমোন্নদি ৱা অমত্তংতা ওইরসু খুমগে হায়না কন্না লাক্লজে, তৌইগুম্বসুং মচীন্নদি হায়যু হায়বা য়াদে। তূমিন্না লোন থোক্তবগুম মমায় লূকথদুনা লৈরে।

শেফালীনা খুন্নরোই খঙলদুনা হেমন্তনা অমুক হায়রকই- "করিনো মৌনব্রত পালন তৌরিব্রা? মীনা হায়রিবসি খুমদ্রিবসিবু?"

খুম্বা লৈতে শেফালী। নুংশি নুংওল হায়বসিনা করিগীনো খঙদে নুজাশিংবু মরোল থোকপা ঙমহন্দে, মমায় থাঙ্গৎপা ঙমহন্দে, মচীন ফাজিনখিবগুম তৌই। ওম্থোকপনি, নুংশি-নুংওল হায়বসে !

শেফালীনা খুন্নকত্রবদুদা হেমন্তনা অমুক্কা হায়রকই - "ফরে খুমদ্রবনিনা! অসুক কুইবসি খঙলম্লবদি... ।" হেমন্ত অমুক তূমিন লৈখি। অদুদগী অমুক ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই- "ঙসিদগীদি ঐবু ঙাওহল্লনু। 'সুক কুইবসি চিনবানদা খোইহী তৈবা ওইরম্লে। নুপীনা হায়বদা থাজরুনু হায়বদো ঙসিদি প্রমান ফংলে। ফরে ঙসিদগীদি পাখং শামায় লৈরক্লোই। চৎচরগে । অদুবু চৎলমদাই অসিদা ৱা অমত্তংদি হায়রমগে-। নুংশিবগী মগুণ খঙদবা হায়বসি পাপনি হায়নৈ । পাপ অসি ইহ-জনম অসিমা কোকপা ঙম্লদে।

অদুবু পাপ অসিগী শরুক পূন্নমক ঐহাক্কী ওইজগে, নহাকপু মসিগী ভাগী ওইহঞ্জরোই। লৈবিহৌরোকো।"

অসি হায়রম্লগা হেমন্তনা চৎকে হায়দুনা মমায় হেক লৈবগা শেফালী তূমিন লৈবা য়াখিদ্রে, খঙহৌদনা মচীন্দগী থোরকই- "উপালদা তাংজবী উরীগী পাংখক ওইরবী নুজা ঐবু থাদোক্তুনা পাখংনা শামায় লৈবিখিগে হায়রসু থোইদোক্লা ব্রারৌজদে। অদুবু নুজা ওইবী ঐনদি পাখংবু কৈদৌনুংদা কাউজবদি তৌজরোই। থম্মোয়গী মিংশেনদা অহানবা তাখিবা মমিবু করম্না কাউগনি ! পুন্সিগী অহানবা নীংজবা আশানি।"

"পুন্সিগী অহানবা নীংজবা আশা ! ঐঙোন্দা নমথাক অমুক তৌবিরনু।"

শেফালীনা তপ্না তপ্না খুন্নকই-" নমথাক্লি হায়বিগনু। ঐদি তশেংনা থম্মোয় কংচপ্রবনি।"

মখোয় অনীমক ঙাইহাক তূমিন লৈনখি। ব্রাখলদা ঙাইহাক লুপ্লুরগা হেমন্তনা হায়রকই- "ফরে শেফালী, অদুদি তশেংনা হায়যু নঙ নুংশিবগী মায় ঙাকপা শোয়দনা ঙমগদ্রা?"

শেফালীনা খুন্নকই- "নুংশিবগী মায় ঙাকপা হায়বসি নুজা ঐগীদি অচেৎপা ব্রাশক্লি। পাখংনা শামায় লৈবিখিবা থোক্লবসু নুজা ঐদি নুংশিবগী মমায় ঙাক্লনি।"

শেফালীগী পাম্বোম পায়দুনা হেমন্তনা হায়রকই- "শেফালী ঐ নঙগী পূক্লিংগী ব্রা খঙদবা নত্তে। নঙগী নতৌ য়েংগে তৌবনি। মতম খুদিংমক্তা ঐসে নহাক্কীনি, অদুগা নঙনা ঐহাক্কীনি। য়েংঙু, অতিয়া ঈপাক্তা থোক্লিবা থাজ অসে, হৌরিবা বোকুল পাম্বী, অকোয়বদা লৈরিবা উপাল-ব্রাপাল, লিরি লিরি হুন্নিবা মালংবা—ময়ামসিনা সাক্ষীনি। হেমন্তনা শেফালীবু কৈদৌনুংদসু থাদোক্লোই। মহৌশা লাইরেম্বী নঙনা সাক্ষী ওইহৌরো।"

# অনী

লমহেনবী

নুংথিল স্কুলদগী হল্লক্লগা সন্ধ্যানা মহাক্কী লাইরিক তৌফম কাদা ফমদুনা উপন্যাস অমা পাদুনা লৈরিঙৈ মতমদা মাঙ্গোন্দগী মমান্নবী অমনা কৌরকই- "সন্ধ্যা, সন্ধ্যা, সন্ধ্যা লৈব্রা?"

মহাকপু কৌরিবী অদো কনানো খঙলদুনা নোকমি নোকমি তৌদুনা থোরক্লগা ওকই - "শেফালীরা? শেফালী। লাউ লাউ চঙলকউ।" শেফালীনা কাদুদা চঙলক্লবা মতুংদা সন্ধ্যানা অমুক্কা হায়রকই - "ফম্মু, চৌকিসিদা ফম্মু। অদো করি থবক্কীনো?"

"করিসু থবক লৈতেদা। অদুম কোয়থোক্তবা কুইরে হায়দুনা কোয়থোরক্লিবা। নহাক্তি সুককোয়হেক কোয়থোক্তে। ময়াম হরাও-কুম্মে তৌবসু নঙদি য়াওদে। লমবোইবী ওইগে নীংঙিব্রা? নহান লিক্কোন শান্নবদো কয়াম নুংঙাইগ্রে।"

শেফালীগী ব্রা অদো মখা অমুক তাথহন্রে। মহাক্লা হায়গদৌরিবা ব্রাশিংদো খঙলদুনা সন্ধ্যানা হায়রকই - "হরাও-কুম্মে ঐ পামদবা নত্তে, ঐসু পামই। জগৎকী মী পূম্নমকসু পামই। অদুমদি ওইরগা..."

"ফরে ফরে।" শেফালীনা ব্রা অদো থৎলকই। সন্ধ্যানা হায়গদৌরিবা ব্রারোল অদু মহাক খঙই, অদুগা ঙাঙবা হৌব্রগা মাগী হৈনবী পরীং অদুদা লেপ্পা নাইদনা ঙাঙথরক্কনি হায়বদুসু মহাক খঙই। অদুনা মখা তাথরক্তনবা হায়রকই- "ঙাঙলনু, লাইরিক হৈ-হৈতে হায়বা লোইনা খঙই।"

সন্ধ্যানা মহাক্লা পারম্বা লাইরিকতো টেবিলদা হেক থম্বগা শেফালীনা লাই য়াওবা লাইরিক ওইরবোই নীংদুনা পায়খত্তুনা চেনা ফর-ফর হাইদোক্লুনা য়েংলগা লাই য়াওরমদবদুদা হায়রকই - "করি লাইরিকনো সিবু? লাই অমত্তসু য়াওদে। অসিবু করি কান্নরুগদগে?

মহাক্কী ব্রাদো তাবদা সন্ধ্যানা নোকমি নোকমি তৌদুনা হায়রকই- "কনানা হায়রিবনো নঙোন্দা লাই য়াওদ্রগা কান্নদবা লাইরিক্কি হায়দুনা? লাইরিক ফৈ-ফত্তে

হায়বদুদি পারগা খঙগদবনি। নহাক্না পায়রিবা লাই য়াওদবা লাইরিক অদুসু নহাক্না পাৱা হৈরন্নবদি খঙগদবনি কয়াম ফবা ফত্তবা হায়বদো।"

শেফালীনা মমিৎনে-মনানে, মখুৎনে-মশানে হাইর-হুন্নদুনা হায়রকই- "হোয়নে অদুবুদি ঐখোয়না খঙদবনিনা...।" ঙাইহাক তূমিন্না লৈরুরগা অমুক্কা হায়রকই- "চৎসি সন্ধ্যা । ঙাইহাক কোয়থোক্লুসি। ঙসিদি তল্লি-ককা হায়বা য়ারোইদবনি। চৎত্রবদি ঐ য়াম্না শাউগদৌরিবনি।"

মহাক্না অসুম হায়না হায়রক্কনি হায়বসি সন্ধ্যা হান্নদগী খঙই। ৱা অসি হায়রক্তনবা ফনা কন্না হোৎনবনি, মহাক্কী ৱাচোই তাথরক্তনবা অম-অমা ঙাঙদুনা হোৎনবনি, মহাক্কী ৱাফম অদো কাউহন্নবা হোৎনবনি, অদুবু কান্নদ্রে। করম হায়নসু কাউহনবা ঙমগনি ? খুল্লক্কী লাইরিক লাইশু তমদবী লৈশাবী অয়াম্বগীদি করি অতোপ্পা ৱাখল লৈগদগে ! মখোয়গীদি অয়ুক্তা ফিশা-লোনশা খরা ফৌসু চেঙসু খরা অসিতনি। মতম অয়াম্বদি খুল্লক কোয়বগা, করিগুম্বা লাইগী নুমিৎ অমত্তং ফংবদা লিক্কোন শান্নবা থবল-চোংবা অসিনি। সন্ধ্যানা মাঙোন্দগী য়ারবদি নাম্থোক্লবা হোৎনবনি, অদুনা হায়রকই- "হৌজিক্তি নুংশা য়াম্না শারি। হোরেন নুংশা ঈংথরগা চৎসি।"

ৱাদো তাবদা শেফালী মচু পৈরকই, শাউরংননা হায়রকই- "অদু হায়রক্কনি হায়বা ঐ ঙসাইনা খঙলবনি। শাখরবা নুংশা ওইরে ! ঙসিদি নহাক্না চৎত্রিফাওবা ঐ অদুম ফমদুনা ঙাইদুনা লৈদৌরিবনি।"

মহাক্না ঙাঙনবসে ঙন্নরোই খঙলদুনা সন্ধ্যা মখা অমুক খুন্নুদরে। শেফালীসু টেবিলদা লৈরিবা লাইরিক ময়ামদো লাই য়েংগদগী অম-অমত্তা পায়খত্তুনা চেনা হাংদোক-হাংদোক্কুনা তূমিন্না মমোন চঙনা য়েংদুনা লৈরকই। ঙাইহাক লৈরগা সন্ধ্যানা হায়রকই "লৈরম্মু, ঐ ইমুংদা চঙলুখিগে।" হায়রন্নগা অতোপ্পা কা অমদা চঙখরে।

সন্ধ্যানা হঞ্জিল্লক্লগা শেফালীনা হায়রকই- "ঙাইখো সন্ধ্যা, ঐ ৱা অমত্তং হংগে। নখোয় লাইরিক তম্বীশিংনা অসুক য়াম্না অশেং-অমাং খঙদ্রিবসি করিগীনো? অহনশিংনা ঙাঙনরিবা- নখোয়সিমুক লমহেনবী অতে লৈতে হায়য়ে, অদুবু ঐদি মখোয়না ঙাঙনরিবসে অরানবনি খল্লি।"

নোকমি নোকমি তৌদুনা সন্ধ্যানা খুন্নকই- "খঙত্রা শেফালী, করিগীদমক মখোয়না অদুম হায়না ঐখোয়বু ঙাঙনরিবগে হায়বা ! ঐখোয়নদি মখোয়না শাস্ত্রনি

ধর্ম্মনি অদুনি অদানি-কা হায়বদো থোইনা তাবিরুদেদো, থোইনদুম মখোয়না তৌবা হীরম কয়াদা ঐখোয়না ঙাঙ্ইদো- অদুননি মখোয়না ঐখোয়বু মিংথোল অসে পীরিবা। মখোয়না পীরিবা মিংথোল অসে ঐখোয়গী ফত্তনবা নত্তে, ঐখোয়গী ফননবনি।"

"হোয় ফননবনি। অদুদা ফননবনি হায়রগা নখোয়না শাস্ত্রগী ব্রা য়াদ্রিবসিদি করিগীনো? শাস্ত্রগী ব্রা য়াদে হায়বসিদি ফত্তে। লাইরিক খরা মিত্তা উরে হায়দুনা শাস্ত্রগী ব্রা য়াদবদি ঐ য়ানীংদে।" শেফালীনা মহাক্কী খণ্ডজবা ব্রাদো ফোঙদোরকই। মহাক্না খণ্ডজদুনদি হায়বা নত্তে, মীনা ঙাঙনবা তাবদগী হায়বনি।

সন্ধ্যানা খুম্মকই- " ঐখোয়না করম্না শাস্ত্রবু য়াদ্রিবা? শাস্ত্রনা হায়বদো ঐখোয় য়াই। অদুমদি ওইরগা শাস্ত্রনা হায়বা পূম্নমক য়াগদবনি হায়বদুদি য়ানীংদে।"

মহাক্না খুন্নকলিবা ব্রাদো য়ানীংদদুনা শেফালীনা হায়রকই- "অদু ওইরবদি অহন-লম্মনশিংনা হায়বা নখোয়না করিগী য়াদ্রিবা? মখোয়না হায়রিবদুদি শাস্ত্রগী ব্রা ঙাক্তনি।"

"ও, অদু ওইরে ! চুমই, মখোয়না হায়বা য়াদে হায়বা। অদু করিগীনো খণ্ড্রা? ঐনা ঙসাইনা হায়গ্রে। ঐখোয় শাস্ত্র য়াই। অদুমদি ওইরগা অহন লম্মনশিংগী মমোন্না শাবা শাস্ত্রদি করি অমুক হায়গনি ! নঙনা খণ্ডলিবদুমঙাই।"

"অদু ওইরবদি নঙনা হায়রিবসি অহনশিংনা ঙাঙলিবসে শাস্ত্রগী ব্রা নত্তে। অসি নত্তরা?"

"মানি, ঐনা হায়গ্রেদনা ! মখোয়না ঙাঙলিবদো শাস্ত্র নত্তে, মোন্না - শাবা শাস্ত্রনি। মখোয়না খণ্ডবদুতা, মখোয়না খনবতা–অসিগুম্বসিনা তিনশিন্নদুনা মখোয়গী শাস্ত্র শাবনি। অহন কয়ানা শাস্ত্র শেংনা খণ্ডবগে?"

করি অমুক খুমগনি শেফালীদি! সন্ধ্যাগী অওই-অওইবা পাউখুম অদুদা মহাক করি অমুক হায়রুগনি? ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই- "হোয়দা হোয়দা খিত্তা চুমজরো। নখোয় লাইরিক হৈবীশিংগা ঙাঙনবা ঙম্বা হৌনদে।"

সন্ধ্যাসু খুমদ্রে য়াম্না ঙাঙনরগা করি কান্নগদগে হায়দুনা। মমোন্দদি নীংই - 'হে, লাইরিক ময়েক খণ্ডবী শেফালী ওস্তোকপনিদা নহাক্কী নপূকচেল ! নহাক্কুম্বী নুপীমচা কয়ানা অরেম্বদা তাদুনা লৈরিবসি লৈরমদদুনা জগৎকী নুপী কাণ্ডবুনা তৌরিবা অসুম্না তৌরন্নবদি ঙসি করিগী ঐখোয়গী সমাজনা চাওখৎলোই? করিগী ঐখোয়গী

জাতিনা পঙদুনা লৈগনি? করিগী ঐখোয়গী দেশনা জগৎকা খোঙথাং চপ মান্ননা থাংবা ঙম্লোই? সমাজ, দেশ, জাতি অসিবু নুপীনা পুরিবনি হায়বসে নখোয়দি করিমতা খঙদেদো!"

অসুম্না ৱাখল তৌরিঙৈদা শেফালীনা হায়রকই - "সন্ধ্যা ঙসিদি নঙোন্দা ৱা অমা হংগে।"

"করি ৱানো ?"

"ঐনা নহাকপু অসুম য়েংগে হায়দুনা য়েংববু নহাক অসি হীরম অমদা লাইরিক তম্বী ময়ামগা মান্নরমদ্রে। অতৈ অতৈ লাইরিক তম্বীশিংদি জাতি অতৈগী ফিজেৎ শেত্তুনা লাইরিক তম্বা কায়, অমা অমদা চৎলি । অদুগা নহাক্তি নোংমতসু ফনেক নত্তুনা অতৈ ফিজেৎ শেৎপা উদে।"

সন্ধ্যানা নোক্লদুনা খুম্লকই- "অদুবুরা ? ঐনা নীংবা অমা লৈবা। মী খুদিংমক্লা মহাক মহাক্কী জাতিগী ফিজেৎ অদো শেৎকদবনি। মীগী ফিজেৎ অদো শেৎপদি অৱায়বা নত্তুনা করিমতা নত্তে। মীগীদো শেৎকে হায়রসু মরক মরক্তা শীজিন্নবদি য়াই।"

"ও অদুনা ওইরে !" অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা অমুক শেফালীনা হায়রকই- "চৎলসি, নুংশা হাইথম্রে।"

"হোয় হোয়, চৎলসি।" হায়দুনা সন্ধ্যাগা শেফালীগা মপান্দা থোরক্লে।

## অহম

শকথিগী ষড়যন্ত্র

অয়ুক, নুমিৎনা মাঙ্গোন ময়ায় য়ৌরবা মতমনি। ইন্টরমিডিয়েট পরীক্ষা নোং-নিনি মমাঙদা শীবা লোইরদুনা মহাক্কী লাইরিক পাবগী কাদা শরৎ আউট-বুক অমা পাদুনা লৈরম্মি। মতম অদুদা অহন চহী হুমফুতরা লাল্লবা অমনা হিদাকপূক অচৌবা অমা

প্রোক প্রোক চিংলদুনা থোঙ্গাল্লোমদা মৈখু ৱা-ৱা কাহল্লদুনা মখোয়গী যুমলোমদা চঙলকই। পুম্ব্রি মপান হেক য়ৌবগা কৌরকই- "কামিনী লৈব্রা?"

" হোয় লৈ", হায়দুনা তোম্বনা খুম্মকই।

অহন অদো চঙলক্কুনা শরৎনা তৃমিন্না লাইরিক পারিবদো ঙাইহাক লেপ্তুনা মুন্না য়েংঙম্মি। লাইরিক পারিবা শরৎনা মমায় ওল্লক্তদুনা ৱা অমত্তা হংলক্তবদুদা অহন অদুনা হায়রকই- "নমোন চঙনা পারেদা ! করি লাইরিকপু পারিবা?"

মহাক্না হায়রিবদো শরৎ তারসু তাশিন্নদে। মহাক্কী মতৌ অদো উবদা অহন অদো শরৎকী মপা কামিনীনা লৈরিবা কা অদুদা চঙখ্রে।

কামিনীনা অহন অদুবু চৌকি অমদা ফমহল্লি। ৱা অতৈ হৌদোকত্রিঙৈদা অহন অদুনা হিদাকপূকতগী ঙাম্বুক অদো লৌথোক্লগা খোল খরা চাউনা হায়রকই- "তোম্বা, করিনো ঐ লাক্লগা হিদাক হানগনি হায়বা খঙদ্রা? হিদাক অসে কাখ্রে, থকপা য়াদ্রেনে। নখোয় অসে মীরম নারম ইখঙ খঙদেদা !"

তোম্বদি করি অমুক তৌগনি ! অহন অদুগী মৱাখোল চাউনা ঙাঙবদুদা শাউনীংলবসু কামিনীগী মাঙদা করিমতা হায়বা ঙমদ্রে। অতৈ মতম ওইরম্লবদি হায়গদবনি- 'অদুক চাউনা ঐঙোন্দা ঙাঙরবা ! নুমিৎ চূপ্পা অমগা অমগা খৎনহন্দগী তৌবা অহন নঙগী অতৈ নথৌ লৈত্রবরা?'

কামিনীগী মায় ঙাকপা ওইনা হিদাক হান্দুনা অহন অদুদা পীরম্মি তোম্বা। হিদাক ফংলবদুদা অহন অদো হিদাকপূক পায়খত্তুনা সমাজগী মকোক ওইবা মীগী হৌনশা ওইনা আনিগী ৱা ঙাঙগদগী থৌরাং তৌরক্লে। অদুবু কামিনীনা ৱা অমত্ত-কা হৌদোরকপ্রা হায়দুনা ঙাইদুনা লৈ। কামিনীনা ৱা হৌদোরক্তবদুদা ঙাইঙম্লক্তরে, মহাক মশামক্না হৌদোরক্লে। হেক হৌবগা আনিগী ৱা। করম তৌরগা মী অমবু সমাজগী অকনবা চৈরাক উত্তুনা লুপা পৈশা খরা লৌথোকপা য়াবা। করম তৌরগা অমগা অমগা নুংশিনহন্দনবা ৱা। সন্ধ্যাগী মপা বোকুলগী মরমদসু ঙাঙবা কাউরমদে। বোকুলবু করম তৌরগা সমাজতগী ঈথ্রোকপা য়াগদবা, করম তৌরগা মহাকপু মী অতৈগা তিন্নহন্দবা য়াবা মসিগী মরম অসিদা মহাক্না শাংনা ঙাঙথরকই। কামিনীবু মহাক্না হায়ররিবা ৱা অসিদা য়াননবা থেন্নরিবনি। অদুনা খরা হেন্না হায়বসু য়াওরকই। বোকুলদি ময়াংগা ফমদুনা চামিন্নে, মহাক্তি ময়াংগী খুৎ চারবনি, ময়াংগী ঈশিং থক্লবনি, মহাক্তি তিন্নবা

য়াদ্রবা মীনি—অসিগুম্বা রা কয়া অমা শাজিনবোই করিবোই তৌদুনা ঙাঙবদা হিদাক অদো থকপোই থক্তবোই তৌদুনা কাখিবা খঙহৌদ্রে। চহী কয়া মমাঙগী রা কয়াসু পুথোরক্লুনা ঙাঙবগী লোইবা নাইখিদ্রে।

পূং অনী-হুমলোম মতুংদা চাউবনা চিঠি অমা পায়দুনা চংঙক্লগা কামিনীদা পীরে। চিঠি অদো শিল ফূবা উদবদুদা কামিনীনা হংঙকই- "কনানা পীরম্লিবনো চাউবা?"

চাউবনা ঙাইহাক খুম্লিংঙাই খঙদদুনা উদর-বদর তৌরকই।

মহাক্কী মতৌ অদো উবদা কামিনীনা শাউদুনা হায়রকই- "করিনো চাউবা মীনা হংবা খুমদ্রিবসিবু?"

"নত্তে, বাবু! - হায়বদি," "ঙাইহাক নীংজিং-মাঙজিংননা মরোল ফাজিনগুম করিগুম খুম্লকই- "আ-শরৎকী কা রাই শিংপদা য়াওরকপা। চে অসি ইহন-হল্লি, করিগুম্বা অরুবা অমা ওইরম্বা য়াই হায়দুনা খুঙ্গৎতুনা পুজরকপনি। ঐখোয়নদি মিং তাঙবগা চপ মান্নরবনিনা করিমতা খঙজদ্রে।"

কামিনী রা মখা তানা হংঙুদ্রে। চিঠি অদো পাগে হায়দুনা চিঠি খাউ অদুগী মচীন নাকল অমা হেক শেগায়বদা মনাক্তা ফল্লিবা অহন অদুনা নংহৌরোইদগী মতাগুম হায়রকই- "এ, এ করিনো ইবুংঙো? ফর্ হেক শেগায়বসিবু?"

অহন অদুগী মতৌ অদো উবদা কামিনী নোক্লিংবনা লোইরে। তৌইগুম্বসুং মপাম্থোংদদি মদু উৎপা তৌদনা খুম্লকই - "করিসু তৌদে, পাগে হায়দুনা মনুংদা য়াওরিবসে লৌথোক্লবা খাউ অসি শেগায়বনি।"

চিঠি অদো হাংদোক্লুনা হেক পাথরকপদা কামিনী শাউবনা তৌফম খঙখিদ্রে। চিঠি অদুদা মহাক্কী অশাউবগী হৌরকফম লৈরমগনি হায়বসি মহাক মিৎকুপ অমগী মমাঙ ফাওবা খল্লমদে। অশাউবগী মৈনা চাকপা হেঞ্জিল্লক্লুনা অফ-ফত্তা পূম্লমক কাউখিদুনা নোংশাগী মতৌগুম চাউববু কৌদুনা হায়রকই - " চাউবা, চাউবা, শরৎতো করি তৌরি? হৌজিকমক থুনা লাউ হায়য়ু। ওক্তবা মচাসিদি! ঙসিদি ঙাইখো।" শাউনীংবনা হেঞ্জিল্লক্লুনা ঙাঙবা ঙমশিল্লক্লে। অহনদুসু করিনো তৌরিবসে হায়বা ফাওবা হংবা কিদুনা হংদরে। চিঠি অদু পারগদি খরা খঙগদবা। অদুবু পাবা হৈতবনিনা খঙদরে।

শরৎনা কা অদুদা চংঙক্লগা লেপ্তুনা লৈরবগা মপানা শাউনা হায়রকই - "শরৎ-!" অতে মখা তাথবা ঙমদরে।

মপাগী অশাউবদো উবদা শরৎনা তপ্না খুন্নকই - "করিগী...?"

"করিগীনো হায়বা!... পাউ নমাঙদা তারিবদো।" মপানা হায়রকই।

মপানা শাউরিবদো করি মরমগীনো হায়বা মহাক করি অমত্তা খঙদে। চে অসিদা করি ফত্তবা য়াওদুনা মপানা অসুক য়াম্না শাউরিবনো হায়বা মহাক মচেৎ অমত্তা ফাওবা খঙলমদে। মপানা হায়বা মতুং ইন্না চে অদো খুঙ্গৎলগা হেক পাবদা মহাক্কী কোকচাউবী কাখরে। চে অদুদা ইরি -

নুংশিবা,

ঙসি মতম কুইনগী মতুংদা নুজা ওইবী ঐহাক্না হায়জবা ঙমজদদুনা চেজেত্তা ব্রাহে খরা ফোঙদোকচরি। নুংশি-খুদোল ওইনা নোং-নীনিসিগী মনুংদা মশক নাইবা পোৎশক অমা পীবিরকউ। অহন-লম্মন কিদুনা অসিবু তৌবিবা ঙমদ্রবদি খঙজগনি পাখংনা নুজাবু কয়াম্না নুংশিবিবা। অতে করি অমুক ইগনি, হায়নখিবা মতুং ইন্না শোয়বিবা য়াদে। ইতি-

মতম খুদিংদা নীংজরিবী

সন্ধ্যামণি

চিঠি অদো হেক পাবা লোইবগা শরৎ খঙবা ঙম্লে চিঠি অসি সন্ধ্যানা পীরকপা নত্তে। মরক্তা মী অতৈনা শাশিন্নদুনা পীরকপনি হায়বসি মহাক শেংনা খঙবা ঙম্লে। মরমদি চিঠি অসি সন্ধ্যানা ইরকপা ওইরবদি ব্রারোল অসি অসুম্না ইরক্লোই। অদুগী মথক্তা খুৎই অসি সন্ধ্যাগী নত্তে। অদুতা নত্তনা মমিং ইবদা সন্ধ্যামণি হায়না ইরক্লিবসি মহাক্না ইবা ওইরগদি সন্ধ্যারাণী হায়না ইরক্কনি।

অদুমক ওইদুনসু, খঙনা খঙনা, মপা অমসুং অহন অদুগী মমাঙদা শরৎ মমায় মমিৎ পূমঙাং ঙাঙখরে। পঙথরবা মী অমগুম চপ লেপ্তুনা লৈখরে। মখুৎতা পায়রিবা চে অদো তাখিবা ফাওবা খঙহৌদরে।

অসুম হায়না লৈরিঙৈ তাঞ্জাদুদা ইখং খঙহৌদনা কা অদুদা শকথিনা চংঙক্তুনা ইফিং ফিংশিন্নদুনা হায়রকই- "করি তৌরবগে খুড়া, ময়াম তৃমিন্না

নৈরিসিবু?" অদুদগী শরৎকী মমাঙদা তারিবা চিঠি অদো খুঙ্গৎতুনা য়েংই, পাবদি পাদে। পারুদ্রসু চিঠি অদুগী ৱারোল মহাক লোইনা খঙই। অদুবু খঙদবা শাশিন্নদুনা হায়রকই- "শরৎ, নঙমক্তা অসুম হায়না অসুক য়ৌনা ঙল্লবা! ঐখোয়দি নখোয় লাইরিক তল্লিবা খরতং অসিদা য়াম্না চাউনা আশা তৌরিবনি। নহাক্না তৌরম্লিবসিদি করি মতৌনো?" অদুদগী অহন অদোমদা ওনশিন্দুনা ছাত্রমচাশিংগী লমচৎ-শাজৎ বর্ণনা তৌদুনা হায়রকই- "য়েংঙুনে ইপু! হৌজিক্কালগী ছাত্রমচাশিংসে, মখোয়সিদি থাজনীংই নত্তে হায়নবদো হৌজিক হৌজিকমক প্রমান ফংলিবসিনি। মখোয়না তৌরিবসিদি -'হৌদোং লম্বোইবনা চফু ঙমই' হায়বদুনি। ওস্লোক্লা থাজখিদ্রবা।"

অহন অদুদি ৱারম খঙদবনিনা মহাক্না ঙাঙলি শক্লিবদো করিমতা ভাব তাবা ঙমদরে। শকথিনা ঙাঙবা লোইদ্রিঙৈদা অহন অদুনা হায়রই- "কনানোনে ইবুঙো নঙনা হায়রিদুবু? ঐদি করিমতা খঙদ্রিনে। করি তৌরবগে ঐঙোন্দা অমুক্তা তম্মুনে।"

শকথিনা তাঙ্গা চারিঙৈসিদা হায়হৌরগে হায়দুনা মশা মরেং খরগমুক হাপচিন্দুনা হায়রকই- "হৌজিক ফাওবা খঙবিরমদ্রিবোইরে! অসিনিদা - বোকুলগী মচানুপী শক লাইথিবী মানবী অমা নৈবদাইদো। অদুগা শরৎকা - হায়বদি -। সন্ধ্যা হায়বিদুনা শরৎতা নুংশি - খুদোল ওইনা লুপা চামা -। তোক্লগেদা। অসিনিদনা করি অমুক হায়গনি!"

অহন অদুসু বোকুলগী মরমদা ঙাঙবা ফংবগী তাঙ্গা ফংলদুনা হায়রকই - "হুম্, চুম্মিদনা ময়াম্না ঙাঙনবা, বোকুল হায়বা নুপাসে ধর্ম্ম-কর্ম্ম মশক খঙদে, অশেং-অমাং নাইদে হায়নবা! মচানুপী লাইরিক হৈবী অমা থমজিল্লদুনা, থাজবিগেদি হায়দে, খুন অসিগী ছাত্রমচা লাইরিক লাইশু তমজরিবশিংসে মাঙহল্লবনি। ময়াম্না মহাকপু য়াননবা হায়দুনা ময়ূমদা লোইনা কৌশিল্লে, হাওসু ময়াংসু অদুদগী মচানুপী অদুবু ক্বা খায়হন্দুনা পুথোকহল্লে। মদু চাবদগীদি ময়াম পূম্নমক মহাক্লা হায়বদু অচুম্বা ওইনা য়ারে। অদুননি ছাত্রমচাশিংনা খঙবোই খঙদবোই সমাজগী মরমদা তাবা য়াবা য়াদবা কয়া ঙাঙলিবা। শরৎসু মখোয় অদুগী মরক্তা য়াওরবোইরে?"

অহন অদুগী ৱা তাবদা শরৎ শাউমনখিদুনা হায়গনি-হায়রোই খঙদনা হায়রকই - "ইপু, ঐবু ঙাঙবিবদি ঐ করিমতা খুম্মোই। মীগী মরমদা, করিসু ফত্তবা তৌদবা করিসু

ফত্তবা ঙাঙদবা মীগী মরমদা ওইদবা শাজিনবা ৱা কয়া অদুম হায়না ঙাঙবদুদি ঐ তাবা হৈনদে। ইপু ওইবগী খাঙবনি, অতৈ ওইরম্লবদি...।" অদুদগী মখা তারমদনা অহন অদুদা মুন্না অমুক্তং য়েংলম্লগা থোকখরে।

অশাউবা কোকত্রিবা মপানা লাউরকই - "শরৎ, নঙনা ঐগী ইমাঙমক্তদা অহন অসিগী চীনথক্তা ব্যভার য়াওদনা খুম্বা?" শাউমনখিদুনা হৌগৎকে তৌবদা শকথিনা খামবদগী তোকখরে। অহন অদুদি খামদে, মমোনদা খল্লি - অমুক্তা ফুরবদি ফজ্ৰনিদা, কুম্মে য়েংগে। মরমদি ছাত্রমচাশিংবু মহাক্না খরা য়েংনীংদে।

শরৎনা থোকখ্রবা মতুংদা শকথিনা কামিনীবু তপথনবা তৌরগা হায়রকই - "শরৎসে অসিদা থম্বা ফৎত্রে। লম অতৈদা লাইরিক তম্বা থাখিবনা ফরে। অসিদা লৈরবদি ওক্তবা তম্লনি।" অসিনচিংবা ৱা অফবা কয়া অফবা মী অমগুম্না হায়রকই। অদুগা মমোন্দা খল্লিবনা অমনি। শরৎপু করম তৌরগা বিদেশ থাখিবা য়াগদগে হায়বগীদমক ঙসাইগী চিঠি অদো মহাক্না ইরগা শরৎখোয়গী য়ুমদা লৈবা চাউবদা লুপা খরা পীদুনা কামিনীদা য়ৌহন্নবা শীনখিবনি। চিঠি পীখিবগী খরা মতুংদা করম তৌরিবগে, কুম্মে থোক্লবরা য়েংগে, অদুগা কুম্মে থোক্লম্লবদি মহাক্না ঙমজবা খরগমুক পাংশিনগে হায়দুনা মথৌ ইরৈ লৈতনা শরৎখোয়গীদা লাক্লিবনি।

অদুগা অহন অদুদি করম তৌরি? শরৎনা থোকখ্রবা মতুংদা মহাক্কী আনিগী ৱাদো অমুক্কা হৌদোরক্লে, হন্দক্তি অমুক্কা হেন্না ঙাঙবগী মতাং অদু ফংলে। বোকুলবু সমাজদা মহাক্না অসুম হায়না লৈরবদি অঙাংশিংতা নত্তনা অহনশিং ফাওবা মাঙবা তারে হায়দুনা কামিনীগী মনাকোংদা কামশিল্লকখি।

# মরি

নুংঙাইবা

নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা সন্ধ্যানা শেফালীদা লাইরিক হৈরগা করি কান্নে, হৈত্রগনা করি মাঙজে হায়বসিগী মতাংদা ব্রা কয়া হায়দুনা তাহনখিবদো শেকালীনা মমোন চঙনা তাখি। ময়ূমদা হল্লগা মসিগী মরমদা মুন্না ব্রাখল তৌরকখি - 'সন্ধ্যানা হায়রিসিবু কয়াম্না চুন্নিবা কয়াম্না চুমদ্রিবা, কয়াম্না ফরিবা কয়াম্না ফৎত্রিবা!' নুমিৎ খরনি চঙনা খল্লগা মতোমতা ব্রাখল অমদা লেপ্লকই - 'সন্ধ্যানা হায়রিবসে তশেংনা অচুম্বনি, অফবনি; মহাক্না হায়রিবসে ঐখোয় ময়ামগী ফননবনি। লাইরিক নত্তনা হৌজিক্কী মতমদা করিমতা তৌবা য়াদ্রে। লাইরিক হৈরবদি মরম পূম্নমক ইঙান-ঙান্না উবা ফংগনি।' ব্রাখল অসি খল্লুবদগী মহাক লাইরিক তম্লিংলক্রে। করিগীদমক মখোয়গী অহন-লম্মনশিংনা মহাকপু লাইরিক তমহল্লমদ্রিবনো হায়বা ব্রাখল অসি খল্লুবদা মহাক মশানা মশাবু ধিক্কার তৌজরকই।

নোংমা নুংথিল নুংশা কন্না শারিঙৈ মতমদা শেফালীনা সন্ধ্যাখোয়গী য়ূমদা চৎলুগে, অদুগা মহাক্না নীংলিবসি সন্ধ্যানা থুংহনবিবা ঙমগদ্রা য়েংগে হায়দুনা লাকই। মথৌ অতৈ করি থোইদোকপা লৈতবনিনা সন্ধ্যাসু মবোক হনুবী অদুগা ঙাইহাক দেশ-বিদেশকী ব্রারী-ব্রাখোঙ খরা শামিন্নরম্লগা মহাক্কী মরূপ ওইজরিবী কা অদুদা চঙদুনা চেয়ারদা ফন্নগা ঐখোয়গী দেশকী মরমদা হীরম কয়ামুক ব্রাখল তৌদুনা লৈরম্মি। খল্লম্মি- 'করম্বা মতমদা ঐখোয়গী দেশতা লৈরিবা ফত্তবা আচার-বিচারশিংসে শেংদোক্লুনা পৃথিবীগী দেশ অতৈগা মান্নবা ঙমগদগে।'

মতম অদুদা ইথা তাজদনা মাঙ্গোল্লোমদগী শেফালীনা কৌরকই - "সন্ধ্যা।"

সন্ধ্যানা খুমই - "শেফালী ! করিগীনো হৌজিকপু নুংশানা অসুক শাবসিদা?"

শেফালীনা নোকমি নোকমি হরাওনা হায়রকই - "সন্ধ্যা, ঙসিদি নঙোন্দা ব্রা অমা হায়বা তারে।"

শেফালীগী মশাদা হুমাং হুমাং মরীক মরীক চেম্থরিবদো উবদা সন্ধ্যানা হায়রকই - "করি ব্রা হায়গে হায়দুনা হুমাংনা ইচোৎ চোৎপমখৈ অসুক শাগ্রবা নুংশাসিদা লাক্লিবা?" অদুদগী চংঙক্তুনা চেয়ার অমদা ফমথরে। শেফালী চেয়ার অমদা ঙাথদুনা টেবিলদা লৈরম্বা হুমাই অদো পায়খৎতুনা হুম্বা হৌরকই। সন্ধ্যানা অমুক্কা হায়রকই - "হোরেন নুংশা নেমথরগা লাকপসু য়াবা। নঙসিদি ওম্থোকপা হায়দুনি।"

নোকমি নোকমি শেফালীনা খুন্নকই - "অফবা থবক্তি থুনা তৌ হায়বদাইদো। অদুনা ঐসু নঙোন্দা নঙনা তাবদা নুংঙাইগদবা ব্রা অমা হায়গে লাক্লিবনি। ঙাইঙমদদুনা নুংশা-ককা থৌশাদনা লাক্লিবসিনি।"

ঙাইঙম্মক্তে সন্ধ্যাসু, মহাক্কী ব্রা অদো তানীংবনা লোইশিল্লক্লে। শেফালীগী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা হায়রকই - "হায়রোদনা, করিনো অফবা পাউ অদো! তানীংবনা লোইরে।"

"অফবা পাউনি হায়গদ্রা খঙদেদা। নঙনা অফবনি হায়বদুদা ঐসু হেক্তা হায়রিবা।" অদুদগী তপ্না তপ্না ইকায়বোই করিবোই তৌদুনা হায়রকই। - "অদুরা, ঐসু লাইরিক তম্লগে হায়বা।"

ব্রা অসি তাবদা সন্ধ্যা পূমঙক ঙকখ্রে। শেফালীনা অসুম হায়না হায়রক্কনি হায়বসি মহাক মঙদা ফাওবা খল্লুদে। থাজদদুনা হংঙকই - "অওইবরনে শেফালী নঙনা হায়রিসিবু?"

মহাক্কী ব্রাসে তাবদা সন্ধ্যানা মতম কুইনগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অমা নীংশিংলকই। অঙাং ওইরিঙৈদা মহাক্না অহানবা স্কুল কাগদবা নুমিৎতা মহাক্না মহাক্কী লুনা তিন্নজবী শেফালীবু স্কুল চৎসি হায়না হৌরুই। মদুদা শেফালীগী মমানা হায়রকখি-"ইবেম্মা, ঐখোয়গীদি ইচা-ককা লাইরিক তম্মনজরোই। নুপীনা লাইরিক তম্লগা করিবু কান্নগনো? ওক্তবদুম তম্নবনি। চৎনীংলগা নতোমততা অদুম চৎচৌ। ঐখোয়গী ইচাদি চৎলোই।" অসুম হায়না পিক্লিঙৈদা শেফালীবু লাইরিক তম্বা থাবিখিদে। মরম অসিনা মহাক্না অসুক চাওরফাওবা লাইরিক হৈতদুনা লৈরক্লিবনি। ঙসিদি মশানা জ্ঞান তারক্তুনা মথন্তা লাইরিক তম্লগে হায়রক্লে। ঙসিদি মহাক্কী আশাসে কনানসু থুগাইবা ঙমগদবা মান্দে।

তশেংবমক্তি, মহাক্কী ব্রা অসিনা সন্ধ্যাদা নুংঙাইবগী ঈথক অমা হৌহল্লে। অদুনা হায়রকই - "শেফালী নঙনা ঐবু ঙকহল্লে, ঙকহনবগা লোয়ননা নুংঙাইহল্লে, হরাওহল্লে। নুপী অতৈসু লাইরিক তমদদুনা তাদুনা লৈরিবশিংসে নহাক্কুম্না লাইরিক তম্বা হৌগৎলক্কবদি কয়াতা নুংঙাইগদবা। অদু ওইরদি করিগী ঐখোয়না অসুক য়াম্না শোখনা লৈগনি? নহাক্কুম্বী জ্ঞান তাবী নুপী অসে কয়া য়াম্না লৈরিগবা?" অদুদগী মখা তানা অমুক হায়রকই - "তম্মু শেফালী। নীংবু নীংলবদি খঙহৌরোই লাইরিক ফজনা হৈরক্কনি।"

সন্ধ্যাগী ব্রাসে তাবদা শেফালীগী লাইরিক তম্মিংবগী ব্রাখল অদো অমুক্কা হেন্না হেঙ্গৎখ্রে। ব্রাখলদা হেন্না থৌনা লাক্কুনা হায়রকই "অদুদা নঙদি খরা ব্রাবা তারে। নঙনা ঐবু তাকপিদবা য়াদে। নঙনা তাক্কগদি ঐ য়াম্না থুনা হৈগদবা মাল্লি।"

শেফালীগী থব্রায় য়াওবা মতৌ অদো উবদা সন্ধ্যানা হায়রকই - "করিগীদমক ব্রারুগদৌরিবনো? ঐনা হৈবা খরা তাক্কগা লোইরেদনা। নঙগা লাইরিক পামিন্নরবদি ঐসু হেন্না হৈগনি। ঐখোয় অনী পূন্না পামিন্নরবদি থুনা খঙবসু ফাবসু হেনগনি।"

ব্রা অদো লৈখায় অমা তান্নবা শেফালীনা হায়রকই - "অদুদি ফরে। অদুদি ঐ হয়েংদগী লাক্কনি নুংথিল নুংথিল। য়ারেকো।"

"য়ারে, হোয়নে হয়েংদগী লাক্কো।" সন্ধ্যানা হরাওনা খুমই।

তশেংনা সন্ধ্যাগী হরাওবদো ঙসিদি মপান নাইখিদ্রে, সমুদ্রগী ঈপাক্তা ঈথক ইপোম্না শান্নবদৌনা তৌখ্রে।

## মঙা

খোইমু পাইখিবা

বোকুলখোয়গী য়ুমগী মমাঙদা লৈরিবা নীংথিজরবা লৈকোল অদুদা শরৎকা সন্ধ্যাগা কোয়রুবদো মতম ফনা কুইখ্রে। পিক্কিঙৈদা মখোয় অনীগী নুমিৎ খুদিংগী হরাওফম

ওইরম্বা লৈকোনগী লৈরাংশিং অদুসু মতম অদুদা হুরাও-হরাও লৈকা ফম্না শাৎচরম্মি। অদুদগী মখোয় অনীনা লাকপা খরা লৎপদগী লৈরাংশিং অদু লৈকা ফম্না শাৎপা ব্রাৎখি, নোক-খেদুনা খোইমুশিংগা শান্নজবদো মতম খরগী ওইনা তোকপগুম তৌখি।

ঙসি অমুক মখোয়গী নুংশিজরবা মরূপ অনীদো উজবা ফংবদা লৈকোলগী লৈরাংশিংদো অমুক হন্না মোমোন নোকচরে, লৈকা ফম্না শাৎচরে, খোইমুশিংবু তরাম্না ওকচরে। তৌইগুম্বসুং ওম্থোকপনি, মখোয়গী হরাও-তয়াম্বদো ! মখোয়গী হরাও-তয়াম্বদো মতম খরদংগী ওইরম্লে।

ইন্টারমিডিয়েট পরীক্ষাগী ফল হায়দোক্লে। শরৎ ফজনা পাশ তৌবা ঙমজরে। অদুবু মহাক্না হান্না তম্লম্বা কলেজ অসিদদি তমদবা তারে। মপানা কলিকাতাদা তম্মুচো, অসিদা তম্লবদি লাইরিক ওইররোই হায়দুনা কন্না হায়রে। অদুনা হয়েংমক চৎনবা থৌরাং তৌরে। কলিকাতাদা সিট ফংবা অরায়বা নত্তে। অদুনা মতম লৈরিঙেদা চৎতবা য়াদে।

পাউ অসি সন্ধ্যা খঙত্রি। অদুনা পাউ অসি মঙোন্দা খঙহল্লুনবা নুমিদাংব্রাইরম অদো সন্ধ্যাখোয়গী লৈকোন্দা চৎলে। সন্ধ্যা নুমিদাংব্রাইরম অয়াম্বা লৈকোন অসিদা লৈগল্লি। ঙসিসু লৈরম্লে। শরৎনা কৌই - "সন্ধ্যা।" ইথা-থাজদনা নুংশিরবা খোঞেল অদো তাবদা সন্ধ্যাগী মশা পূম্বা হরাও-তুজুংনম্রে। মতম কুইনা লৈকোল অসিদা শরৎপু উনবা ফংজরুদ্রবী সন্ধ্যাগী পূক্লিং-সমদ্রুদা ইখঙ-খঙহৈদনা হরাও নুংশিগী জোব্রার কারক্তুনা সন্ধ্যাবু ব্রা অমত্তা হায়জবা ঙমহনখিদ্রে।

শরৎনা অমুক হন্না কৌরগা হায়রকই - "সন্ধ্যা, ব্রারৌগনুকো।"

মহাক্কী 'ব্রারৌগনুকো' হায়বা ব্রাহে অসিনা সন্ধ্যাগী থম্মোয়দা পাল্লুরে। থম্মোয় অমুক হেন্না মরাঙ হৌহল্লে। করিগীনো 'ব্রারৌগনুকো' হায়রিবসি? নুংশি-ঈচেলদা ঈনোৎ হাপ্পরিব্রা নৎত্রগা অপনবা পীররিব্রা? ওম্থোক্লসু মরৌ চাউরিদকো নহাক অসে !

ব্রাহে অমত্তা থোরক্তরে সন্ধ্যাগী মচীনদগী। ব্রারৌগনুকো হায়বা ব্রাহে অদুনা লোইনা ফাজিন পুনশিনখিবগুম তৌম্রে।

শরৎনা অচিকপদো থুগায়রকই - "মতম খরগী ওইনা লৈরাংবু থাদোক্লম্লগা খোইমুদি পুনশিগী ইখঙ-খঙত্রিবা লাপ্পবা লম্দম অমদা পাইজরুবা তারে।" ঙাইহাক

তূমিন লৈরুরগা অমুক মখা তাথরকই - "মতম লৈবা খিবিক্তা খোইমুনা লৈরাংবু কাউবদি তৌজরোই, অদুবু করিগুম্বা মতাংদা কোলোয়-মপাউ ফাওনদবা থোকপা য়াই। মতাং অদুদা খোইমুবু নুংঙাইতবা তৌগনু; খোইমুবু লাম্না খনবা তৌগনুকো।"

বা অমত্তা ঙাঙবা ঙমদনা লৈরম্বী সন্ধ্যা হন্দক্তি তূমিন্না লৈবা য়াররক্রে, পিরাংনা চোংলবী মায়খোঙ অদো মপূং ফানা হাইগংপা ঙমদনা হায়রকই - "খোইমুনা লমদম লাপ্পা লেঙগ্রবদা লৈরাংদি কনাগী মায়খোঙ য়েংদুনা লৈহৌগনি। অদুগা খোইমুনা হল্লক্লিঙৈদা লমহেনবা মালংবনা করিগুম্বা তেমশিংনরক্তুনা লৈরাংবু খাংঙুথক্তা লৈমন চলহনগে থৌরাংলক্লবদি পাঙ্গল শোল্লবী শিঙেলনা করম্না খাঙগনি।"

"সন্ধ্যা," শরৎকী খোঞ্জেল লূমথরকই - "অদুগীদমক চিংনবা তৌরুগনু। ঐগী য়েংথংবা পাম্বোম ওইরিবা থাং মচা অসি নঙোন্দা শিন্নরমগে।" অসি হায়রগা নাকন্দা য়েপ্লিবা লংত্রিক লংবা ছুরি মচা অমা পুথোরক্লগা সন্ধ্যাদা পীরগা হায়রকই - "সে, মতম পূম্নমক্তা মসিবু ঐনি খন্দুনা ননাক্তা থম্মু। অব্রাবা নংত্রগা খুদোংথীবা মতমদা ঐহাকমক্লি খন্দুনা মসিগী মতেং লৌ।"

সন্ধ্যানা ছুরি অদো লৌশিঞ্জরে।

শরৎনা হায়রকই - "মতম থেঙখরে সন্ধ্যা। বিদায় পীরো। বিদায় পীরমদাইদা নপূক্লিং চিংনবা হৌনদে।"

অসোমদা সন্ধ্যাগী মিৎলু পিরাং অদুদি লেপউ হায়বা য়াদে, হেন্নদুম শিঙ্গরক্লি। শরৎকী নুংশিরবা ব্রাহে খুদিংমক্লা সন্ধ্যাগী পিরাং মতুম অম-মম ওইররে। হৈয়াই মানবা মখজাই অনীদো চেম্বরক্লিবা পিরাংনা রাশি হাপ্পগুম থোকখ্রে।

সন্ধ্যাগী মখজাইদা লাইজ-ঈচেলদৌনা চেম্বরক্লিবা পিরাং অদু শরৎ ঙসাইমখে থৌওইনা উরুদে, হেক উরুবদা হায়রকই - "সন্ধ্যা নঙ অদুক য়াম্না নপূক্লিং শোল্লিবা করিগীনো? করিগী অদুক শাথীনা কপ্লিবনো? নহাক্লা অসুম হায়না তৌরবদি ঐ খোঙথাং অমত্তা থাংবা ঙম্লরোই।"

সন্ধ্যা হন্দক্তি খুমদবা ঙমদরে, হায়রকই - "ঐনা কপকে হায়দুনা কপ্পা নত্তে, হায়ন-তানবা য়াদবা পিরাং অসিনা খাম্বা য়াদদুনা তৌরিবনি। লেংবিরো, পিরাংগা লোয়ননা নোক্লা নোক্লা বিদায় পীজরি।"

# অহুমশুবা পন্দুপ

## অমা

মায় অসিগীদমক্তনি

খাইন-মৈচাক্লা চাক্লবী সন্ধ্যা মৈচাক অসি করম্না খাঙগদগে খঙবা ঙন্নমদে, মৈচাক অসিগী মৈরী ময়াম অসি করম হায়না মুখৎকদগে হায়বা খঙবা ঙন্নমদে। মৈচাক অসিনা চাক্লবা মীনা চিন্তা-সমদ্রুদা লূপ্লে, অদুবু মৈচাক অদুদি মুখৎপা ঙমদে। অদু ওইরবসু চিন্তা-সমদ্রুদা লূপ্তুবদি ঙম্মদে। সন্ধ্যাসু চিন্তা-সমদ্রুদা লূপ্তুবা ঙন্নমদে।

শেফালীনা চিন্তাপুবী অমগী মায়থোঙ লৌরদুনা চিন্তা-সমদ্রুদা লূপ্লিবী সন্ধ্যাগী মনাক্তা লাক্লুনা মখোয়গীদা অমুক্তা চৎলুসি হায়না হৌরে। মতম অদো নুংথিলনি। কোরৌহনবা থোইনা চায়থদ্রি। অতিয়াদা নোংনা মংবনা নুমিৎকী মঙাল থোইনা ফূদোকপা ঙমহল্লমদে। মরক মরক্তা কোরৌহনববু নোংনা মহাক্কী মুরবা নমথাংনা খুমজিনবিদুনা লক্লরি, অমুকসু হাংবিদুনা কেকু-লোৎপী ফোঙলি। ঈংবসু থোইনা ঈংদবা শাবসু থোইনা শাদবা নুংঙাইবা মতম্নি। অদুবু চিন্তা সমদ্রুদা লূপ্লিবী সন্ধ্যাগী মফমদদি অঙৈং-অশা চঙলমদে।

শেফালীগী ৱাদো তাবদা সন্ধ্যানা হায়রকই- "করিগীনো শেফালী?"

"করিগীনো হায়বদো য়ূমদা চৎলগা হায়গে। হান্না অমুক্তা চৎসি।"

"ফরে, চৎকে। অদুবু চৎপগী মমাঙদা ৱা অমা হংগে। পাউখুম পীরবদি চৎকনি, পীদ্রবদি চৎলোই।"

মহাক্কী ৱাদো অবদা শেফালীনা ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা হায়রকই -"সন্ধ্যা, করিনো নঙনা হংনীংলিবদো? ফরেনে হংলোনে। ঐনা খুল্বা ঙল্বা ওইরগা শোয়দনা খুমগে।"

সন্ধ্যানা হংসিরা হুংগনুসিরা ঙাইহাক নীংজিং -মাঙজিংনরগা হায়রকই- "মতম কুইরে তামোনা চৎখিবা, অদুবু কদায়দনো মহাক্না চৎখিবদো ঙসি ফাওবা খঙদ্রি। চৎলমদাইদসু হংহৌদ্রে। শেফালী নঙদি খঙলমগনি, হায়যুবা।"

ৱা লোইফাৎত্রি, শেফালীনা খুন্নকই- "ইহে, অদু ওইরে! কলকাতাদা নত্তনা লাইরিক তম্ববু কদায়দা চৎলি হায়বগে?"

"অওইবরা, নহাক খঙত্রা? কলকাতাদা...!"

"অওইবমক্কি, খঙদুনা হায়রিবনি। ও কলকাতাদনি, কলকাতাদা!"

সন্ধ্যাদো তৃমিন লৈখি। করিনো ৱাখল অমনা মহাকপু কদায়দনো পুখিবগুম তৌই।

শেফালীনা - 'সন্ধ্যা, কৈদৌরে' হায়রকপা জ্ঞান খৎত্তা তারকই। অদুদগী মখোয় অনী থোকমিন্নরক্লে।

শেফালীখোয়গী য়ূম য়ৌরগা নিঙোন-কাদা শেফালীগী ফমুংদা মখোয় অনী ফম্মিন্নদুনা ৱারী শাবা হৌরকই। অহন-লম্মন য়ূমদা অমত্তা লৈতে, লোইনা মাগী মাগী থবক্তা চৎথোক্লুখ্রিমাল্লে। শেফালীনা হায়রকই- "সন্ধ্যা, অসুক কুইবসি নঙোন্দা হায়দোক্তবা ৱা অমা ঙসিদি হায়রগে। নঙোন্দা হায়দোক্তবা য়াদ্রে। নঙ নত্তনা ঐগী ৱা তান্ননীংঙাই অতে কনাসু লৈতে। নঙনা ঐগী উপায় অমা তৌবিদবা য়াদে।"

"করি ৱানো, নহাক্লা অদুক লুনা খল্লিবদুবু?" সন্ধ্যানা হংঙকই।

শেফালীনা খুন্নকই- "কুইরবনি, হেমন্তগা ঐগা নুংশি-পস্থুং য়ৌমিন্নসি হায়দুনা ৱাশক্লুখি। অসুক কুইবসি ঐখোয় করিমত্তা চিংনরমদে । অদুবু মহাক্কী মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কী নুপী থিবিদবা য়াদ্রে হায়দুনা অহন-লম্মনশিং ৱা লেপ্পরে। মৌ হায়বা কোয়চৎ চৎনরকপা উবদা হেমন্তনা মী থাজিন্দুনা ঐবু হায়রুনবা হায়বদা অহন-লম্মনশিংনা থৌওইনা তাবিদ্রে। হৌজিক মহাক্লা ঐবু চেল্লসি হায়রক্লে। ঐ খনফম খঙদ্রে। চেনবা হায়বসিদি ঐ পামদে, ঐখোয় অহন-লম্মনশিংনসু শাউগনি। করি তৌরগা ঐখোয়দসু কায়দবা ময়াম মমাঙদসু ফজবা হায়বদো নঙনা লম্বী অমত্তং পুথোকউ। ঐ নঙনা হায়বদুমক য়াগনি।"

মহাক্কী ৱাদো মুন্না তারগা সন্ধ্যানা ৱাখল তৌরকই- 'চেনবা ! অপাম-নুংশিগী পুস্থুংগীদমক চেনবা। চেনবা হায়বসি ময়াম মমাঙদা ফজদে । চেনবা নত্তনা অতে উপায় লৈত্রবরা? লৈরমগনি। লৈরমদ্রবদি তাইবংপানবসিদা নুংশি-পস্থুংগীদমক শাবী-শানৌ পুম্নমক চেন্নরমগনি।' অসুম হায়না ঙাইহাক ৱাখল তৌরিঙৈদা ৱাখলগী ঈচেল অদুদা ঈথকমচা অমনা থেংলৈ 'হাই, সন্ধ্যা হায়বী

অপংবী! নঙনা অদুক য়াম্না ব্বারিবা করিগীনো? শেফালীগী মমা-মপাদা হায়দুনা অমুক্তা য়েংঙুদনা। মখোয়না ব্বাখল তাবা মী ওইরবদি ফননবা শীনবিরকপসু য়াইদনা। ঙাইহাক ব্বাখল তৌরগা ঈথক অদুদা ওনশিন্দুনা অমুক হংঙি- 'মখোয়না য়াবিরক্কদ্রনে?' ঈথক অদুনা অমুক খুম্মকই- 'য়াবিরক্কনি য়াবিরক্লোই হায়বা খল্লুবা হৌনদে । হান্না অমুক্তা হায়দুনা য়েংঙু। থবক খুদিংমক তৌবদা হান্নানা ফলগী ব্বাখল তৌবা হৌনদে। থবক অদো তৌরবদি মদুগী মতীক চাবা মহে অদো শোয়দনমক্কী ফংগনি।'

অকোনবগী ব্বাহে খরা অসিনা সন্ধ্যাদা অকনবা ব্বারেপ অমা লৌহল্লকই, মমা-মপাদা অমুক্তংদি হায়দুনা য়েংগে খল্লকই। শেফালীদা হায় -"করিগীদমক চেনগদৌরিবনো? মীগী মমাঙদা চেনবা হায়বসি ইকায়নীংঙাইহনি। য়ারবদি চেনদবনা ফৈ। মায় অম-মম পাল্লিবসি ঙাকপা ফৈ। সংসার অসিদা মায় অসিগীদমক্তনি ব্বানরিবসি অদুনা নখোয়গী ইন্দোনদা অমুক্তা হায়দুনা য়েংগে।"

"ইমানা য়াবিরক্তুবদি?"

"করিগী য়াবিরক্লোইদগে? শোয়দনা য়াবিরক্কনি। নখোয়গী ইন্দোনসে ভাব তাদবা মী নত্তে। খরা নীংথিনা ব্বারী শান্নরবদি মহাকসু নুপীগী থোৎলবা পূকচেল অদো চেনবনিনা শোয়দমক্কী য়াবিরক্কনি।"

শেফালীনা ঙাইহাক ব্বাখল তৌরগা হায়রকই- "ফরে, ইমানা করিগুম্বা য়াবিরক্তবা থোক্লবদি কমদৌনি?"

"ইন্দোন্না য়াবিরক্তবা থোক্লবদি নকোয়গী খুড়া লৈরিদনা। মঙোন্দা অমুক হায়দুনা য়েংগনি। নখোয়গী খুড়াদি ঐ নীংথিনা খঙই, মচা নুপাশিংগী মরক্তা মচানুপী নতোমতা য়াওবনিনা নঙবু য়াম্না লুনা তৌবনি। নহাক্কী মরমদা ব্বা হায়রুবদা মহাক শোয়দনা য়াবিরক্কনি। অদুগীসু মথক্তা হেমন্ত হায়বা পাখং অসিসু ফৈ। মহে মশীংসু কাবক অদুম হে, মরন-মথুমসু থোইনা ব্বাত্তে, শেন-থুম অরেম্বদা লংশেক্তে, ওইদবা থবক তৌদে।"

হেমন্তগী মরমদা শেফালীনা হেন্না খঙলিবা কৌবনিনা সন্ধ্যাবু মখা তানা সমালোচনা তৌহন্দনা হায়রকই- "ঙাইখো, ফব-ফত্তবা পূম্নমক হৌজিক থমখো। হান্নানা য়াবিরক্কদ্রা য়াবিরক্লোইদ্রা হায়বদু খন্নখিসি। ব্বা অতৈ শাংথদুনা কান্নদে। করিগুম্বা

ঐখোয়গী পাবোনা য়াবিরকপদি লায়রদুনা ব্রা অসি তাবদগী মৈ হৌনা শাউখিদুনা ঐবু য়ুমদগী মপান থোকহন্দ্রবদি করি উপায় লৈ?"

চিংনবা ব্রাখলনা অসুম শাংথরক্তুনা হেন্না চম্মম্নবা থোরককদৌরে খনবদগী সন্ধ্যানা মখা শাংথদনবা হায়রকই- "শেফালী নঙসে ওন্থোক্লা ঙাওনবা ব্রাগ্রে। নহাক অসুম তূমিন লৈয়ু, ঐনা থোকপা তৌগে। ঙসিদি থেঙগ্রে, ইন্দোনসু হল্লক্ত্রি। হয়েং অয়ুক নংত্রগা নুংথিল চাক হেক তোক্লবা মতমদা লাক্কে। ঙসিদি ঐ হল্লগে । করিমতা ব্রারুনু ঐনা থোকপা ফননবা শীনগনি।"

অসি হায়রল্লগা সন্ধ্যা ময়ূমদা হনগ্রে। শেফালী অমুক চিন্তাগী পাকখ্রবা সমদ্রুদা ঈথক ইপোমগা থেংনদুনা লৈহৌরে। সন্ধ্যাগী অকোনবা ব্রাহে 'ঐনা থোকপা ফননবা শীনগনি' হায়বদুনা মঙোন্দা আশাগী মঙাল অমদি ফাওহল্লি।

## অনী

লুহোংখ্রবা মতুংদা

নুমিদাং লৈকাই কোয়রুবদগী হল্লক্তুনা চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা ফমুংদা কাখত্তুনা লোংখাক লোংনা হিপ্পগা হেমন্ত তূমিন্না ব্রাখল মওল-মওল খল্লকই। খনবমখৈ খল্লুরগা মথন্তগী মমোনদা হংঙকই- 'ঙসি সন্ধ্যানা হায়রক্লিবা অসিবু করি ব্রাখল তৌদুনা হায়রক্লিবনো? ইচম-চম্না হায়বা ওইরিগদ্রা নংত্রগা-? চুমই, ঐবু খন্দনদি মহাক্লা অসিগুম্বা ব্রাসি হায়রক্লোই। ঐবু ব্রাখল অমা তৌদুনা হায়রক্লিবনি । মহাক্লা নুংশিজবা শরৎনা কলিকাতাদা চংখবদগী চিঠি অমত্তসু মাঙোন্দা ইরক্তে, ঈ-পাউ অমত্তা মাঙোন্দা খঙহল্লক্তে। চংলমদাই ফাওবদা কদায়দা চংলিবনো হায়বদু ফাওবা শরৎনা মাঙোন্দা হায়রমদে। অদুনা শরৎনা মহাকপু নীংদ্রে হায়বসে সন্ধ্যাসু ভাব তারে।

অদুননি মহাক্না ঐঙোন্দা ৱাখল অমা তৌরক্লিবসে। মহাক্না নুংশিরবদি ঐনা কৈদৌনবা হনগদৌরিবা? মহাক্না য়ারবনিনা মহাকপু লৌনবা তৌদবা য়াদে। অদুবু শরৎ হল্লক্লিঙৈ মমাঙদা লোইনা তৌবা তাবা। মশানা য়ানীংলিবনিনা চেনব্রা ফাবরা অমা হেক্তা তৌরগা লোইরে। অসুম হায়না ৱাখল তৌরুরগা অমুক মখা করি তৌগদগে হায়বদো খল্লকই- ‘ফরে, শরৎনা লাক্লিঙৈদা থৌরাং পৃম্নমক লোইশিন্দবা য়াদে; অদুম্নদি ওইরগা থৌরাং অসিদা অপনবা অমদি লৈরি। শেফালী? শেফালীবু খাইনদ্রবদি ঐগী আশা থুংবা য়ারোই।’

তাঞ্জা অদুদা শেফালী চংঙকই, হংলে- “সন্ধ্যাদগী ঐনা হায়বদো পুরকপরা?”

নুংঙাইনা ভাবনা দলান শাদুনা লৈরিঙৈদুদা শেফালীনা লাক্তুনা থুগায়রবদুদা হেমন্ত দলানদগী ওন্থবতা নত্তনা শাউবনা মৈ হৌখরে, শাউনা হায়রকই- “করি পোৎনোনে? নুমিৎ চুপ্পা সন্ধ্যা সন্ধ্যা সন্ধ্যাতা হায়দুনা লৈবা। সন্ধ্যাগা তিন্নরনু হায়বা য়াররোইদ্রা? খুনগী অহন-লম্মন্না ঈম্ংোকতুনা কনামতা তিন্নদদুনা লৈরিবা মখোয়সিগা তিন্নদ্রবদি য়াদ্রবরা?”

হেমন্তনা অদুক য়াম্না শাউরিবদো করিগীনো শেফালী ভাব তাদে। সন্ধ্যাখোয়গী ইমুংবু খুনগী অহন-লম্মনশিংনা লান্না তৌবিরিবদুসু মহাক খঙই। অদুনা লৌশিং লৈবী জ্ঞান তাবী নুপী অমগুম্না হায়রকই- “করিগী তিন্নরোইদগে? সন্ধ্যাখোয়গী ইমুংনা করি দোষ তৌথ্রবগে? লাল্লিবদি খুনগী অহন-লম্মনশিংনি।”

“করি, খুনগী অহন-লম্মন্না তৌরিবসি অরানবনি হায়বা?”

“মানি, অরানবনি। মখোয়না তৌরিবসি অরানবনি। ঐ ইতোমতনা হায়বা নত্তে, জ্ঞান লৈবা মী পুম্নমক্না হায়রিবনি।”

“নঙনা জ্ঞান লৈবা মী কয়াগা ৱারী শান্নরুরদুনা? নঙদি মপান থোক্তবীনি, ঐখোয়দি মপান থোকপমখৈ থোক্তুনা অফবসু ফত্তবসু লোইনা খঙলিবনি। নঙনা ঐঙোন্দগী হেন্না খঙপোৎ নত্তে। ঐনা হায়বদা থৌওইদবা তৌগনু।”

“ৱারী শান্নরুবা নত্তে। জ্ঞান লৈবা মীনা ইবা লাইরিক-লাইশু পাবদগী খঙবা ঙন্নিবনি। মরম অদুনা হায়বনি - অহন লম্মন্না তৌরিবসে তশেংনা অরানবনি।”

শেফালীগী ৱা তাবদা হেমন্ত পুমঙক ঙকখ্রে। নহানমখৈ মহাক্না শেফালী লাইরিক ইব-পাবা হৈ হায়বসে খঙলমদে। থাজদদুনা হংলকই- “নঙবু লাইরিক হৈ হায়বা !

কদায়দগী করম হায়না হৈরুরিবা? কদায় ঐদি নঙবু নোংমতসু অঙাং ওইরিঙৈদগী স্কুল কাবা উখিদে। নঙবু...!"

"ঙক্কনু। ঐ শেফালীনি অতৈ অতোপ্পা কনাসু নত্তে। স্কুল কাদনা লাইরিক হৈবী শেফালীনি। মীনা নীংবু নীংলবদি থুংদবা লৈব্রা? লাইরিক হৈগে নীংলবদুবু করিগী হৈরোইদগে?"

"ফরেনে, অদুদি হায়ুনে, নঙনা করম হায়না লাইরিক হৈরুরিবা?"

"ঐনা করম হায়না লাইরিক হৈররিবনো হায়বা ! ঐনা ঙসাইনা হাখ্রেদনা, মীনা নীংবু নীংলবদি থুংদবা লৈতে। অদুম্নদি ওইরগা খরদি হোৎনবা তাই, অৱা-অনা খাঙবা তাই। ঐনা পিক্লিঙৈদা ঐখোয়গী অহনশিংনা নুপীনা লাইরিক হৈরগা করি কান্নগদগে হায়দুনা তমহল্লক্তে। অদুম ওইনমক তুংদা মী অমগা তিন্নরুবদগী লাইরিক খরা তন্নকই। নঙসু খঙলিবদুনি, সন্ধ্যাগা ঐগা পিক্লিঙৈদগী তিন্নরকই। চাউরক্লবা মতমদা মহাক্লদি লাইরিক হৈ ঐনদি হৈতা, ঐ য়াম্না নুংঙাইরকখিদে। নোংমা অসুম ৱারী শান্নবদগী সন্ধ্যানা লাইরিক তম্বগী কান্নবগী মরমদা ঐঙোন্দা ৱারী লী। ঐবুসু লাইরিক তম্নবা কন্না হায়। চাউরবসু করিসু কায়দে হায়। মহাক্না হায়বদগী ইচাউ চাউবমখৈ ঐ লাইরিক তম্বা হৌই। স্কুলবুদি কাদে, মহাকনা নুমিৎ খুদিংগী ঐবু তম্বি। লাইরিক খরা পাবা হৈরকপদগীদি ঐ ইশানা অমুক কন্না হোৎনদুনা লাইরিক কয়া পাবা ঙম্লে।"

ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা হেমন্তনা হায়রকই - "ফরে, অদু ওইরবদি নহাক লাইরিক য়াম্না পাদুনা ৱা য়াম্না খঙলে। অদুনা ঐনা হায়বদা নঙনা য়াদবা তৌরোইদবনি, ঐনা তৌবা থবক্তা ঐগী ইতেং পাংগদবনি। অদুনা নহাক ঐনা হায়বা ইনবা তাই।"

"চুমই, নুপীনা মপূরোইবগী মতেং পাংফম থোকই, পাংগদবনি; অদুম্নদি ওইরগা অরানবা থবক্তদি মপূরোইবগী মতেং পাংউ হায়বা লৈতে। নুপানা পাপ তৌরগা নুপীসু মদুগী শরুক য়াগদবনি হায়বা চুমদে।"

"অদু ওইরবদি নহাক ঐনা হায়বা য়ারোই 'সিনিনে?"

"করিগী য়ারোই? অফবা থবক্তদি ঐনদুম হেন্না হরাওনা য়াগনি।"

"অদুদি সন্ধ্যাখোয়দা চৎপা তোক্নো, সন্ধ্যাগা তিন্নবা য়ারোই।"

"সন্ধ্যাখোয়গী করি দোষ লৈরদুনা? মদু ঐ ইনবা ঙম্লোই।"

"করি শেফালী, নঙ ঐগী বা ইল্লোই হায়বা? নঙনা অসুম তৌনি খঙলম্লবদি নহাক্তা নত্তে নুপী হায়বসে। সন্ধ্যানা শীন্দুনা নহাকপু লৌরুবসিদি ঐগী মাঙননবা ওইরম্লে। হৌজিকসু ঙস্মি, নয়ূমদা হেক থিন্দোকপিথ্রগা লোইরে। নহাক্তা নত্তে নুপী, ঐনা অপাম্বা নুপী ঐ হৌজিকসু লৌবা ঙমই।"

"নহাক্কী নুপী ময়াম অমা লৈরম্বা য়াই। অদুবু ঐগীদি নহাক নত্তনা অতে কনা লৈতে। ঐগীদি নহাক্তনি।" অসি হায়রম্লগা শেফালী ইমুংগী পোৎচে লোইশিনবা চঙখ্রে। হেমন্ত বা অতৈমুক মখা তাথবা তৌদনা শেফালীনা চৎখিবা মাইকৈ অদোমদা য়েংদুনা লৈহৌরে।

## অহূম

### নুপী ফাগদগী লাক্লবা

নুমিদাংবাইগী মতমনি কোরৌহনবা ময়ূম পাংখরে, তেংবানবা অসি তপ্লা তপ্লা খর খর অসুম মমশিল্লক্লে। নুমিদাংবাইরমগী ঙাইহাক্তং উরা-উরি তৌনবা মতম হায়বদো অদুমক্লি। য়ূম অমগী মমা ওইবী অমনা মচাশিং শান্নবা চৎখিবদগী হঞ্জিল্লক্লে হায়দুনা খোঞ্জেল বাংনা 'ও বাবা', 'ও ইবুঙো' হায়না মচাশিংবু কৌনরি। কনাগুম্বী অমনা মচা অদো লৈফুন্না লোইরে হায়দুনা পুখ্রিদগী ঈশিং শোক্কৎলগা ঈরুজবিরি। মচা অদুনা ঈশিং অদো ঈংই হায়দুনা মখুৎ মশা ফ্রুং-ফ্রুং কন্দুনা কপ্লি। কনাগুম্বী অমনা কপ্লিবা মচা অদো মনঙ্গনদা পোশিন্দুনা নাউশুম ঈশৈ শক্তুনা থেল্লি। কনা কনাগুম্বগী মাঙ্গোন্দা চিলহাউ-থিবা অঙাংনা চরা বানবদা য়েংশাং হাউতে ঙারৌ হাপ্তে হায়দুনা মমাদা মবোক্তা বাকৎলি, চরা বাল্লোই হায়দুনা ওইনরি। খৎনবা পাম্বী চীনফেন-ফবী মৌ খরনা করিসু লৈতবা বাদগী বাহৌরদুনা চহী কয়া কয়াগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক বাথোক পূম্নমক পুথোক্লদুনা চীনফেন্নরি। অসুম চীনফেননরম্বদগী হেঞ্জিল্লক্তুনা মন্ত্রগুম্না

মচীন্দগী লৈথিদ্রবা মপা-মপৃশিং চিংথনদুনা মাক্লা মাক্লা ঙমদবা য়াদে মতাগুম লাউনরি। কুম্মে-পাম্বী কনাগুম্বী খরনা হোরেনদি অদুদা অদুদা অদু তৌগনি অদা তৌগনি চৎকদ্র-চৎলোইদ্রা হায়না হৌনরি। তাইবংমীনা লাঙবসি উবদা উচেক-ৱায়াশিংসু লাঙবা হৌরক্লে। ক্বাকশিংনা খোংল-খোংলদুনা মকোন তম্না পাইরি, মকোন্দা চঙদ্রিঙৈদা ক্বাক-ক্বাক হায়বা খোঞ্জেল অদুদা ৱারোল থাদুনা হায়রি- 'হে তাইবং জীব পূম্নমক, কোরৌহনবা ময়ূম চঙখ্রে, ঙসিগীদি অসিৱাইদা বিদায় ওইনরসি। হয়েং ইনুং ঙানবদা অমুক উন্নসি। বিদায় বিদায়!' অসি হায়রম্লগা ক্বাকতি চৎখ্রে। অসোমদা অমুক ময়াং-শেকপীনা থোরক্লুনা কনাগী ইংখোলদা করি উহৈ পাল্লিবা লোম্না লোম্না হূরানবগুম য়েংবা হৌরক্লে — হোরেন অমমবদা মপূ উদ্রিঙৈদা চিকখায়গদগী।

মতম অসিদা খুনগী মমাঙগী সোরোক অদুগী মপান্দগী থোইনা লাপথোক্লনা মফম অমদা ফমদুনা পখং অনী তূমিন্না ৱা তান্নরি। মফম অদো শুকতক তৌরদুনা জঙ্গল খরা লৈ। জঙ্গল মনুংদনি মখোয় অনীনা লৈরিবসি। মুন্না য়েংদুনা চত্তবা মীনদি জঙ্গল মনুংদা মী লৈ হায়বা খঙদে। মখোয় অনী অসি কনাগুম্বা মী অমা ঙাইদুনা লৈবগী মওংনি। পাখং অনী অসি শকথিগা মহাক্কী মমান্নবা অমগনি।

শকথিনা মমান্নবদুদা অতৈ কনা তাখিনি মতাগুম মখোল পিকথনা হংঙকই- "মী পূম্নমক শীন্দোক্লুনা লৈখ্রেকো? ঙসিদি শোয়বা য়াদে। নুপী থিল্লক্লিবা নুপাদো নখোয় খরনা মখোল থোকপা ঙমদনবা নমদুনা থমগদবনি।"

মমান্নবদুনা খুন্নকই- "করিগী মী মতৈ অমুক য়াওগদৌরিবগে? নুপা অদুমবু, ঐ ইতোমতনা পান্নবা ফাওবদা পান্নশিৎত্রবদা! নুপীদুতা খরা থুনা লোৎখিনবা নখোয় ময়াম হোৎনৌ। মাগা লাকমিন্নরিবা নুপাসিদি ফূনবা নম্নবা হৈবা মী নত্তে।"

"করি তৌরবা জাৎনো য়ৌরকপা নাইদ্রিবসিবু? লাক্লবদি থৌরাং পূম্নমক অরেম্বা তারে।"

"করিগী লাক্লোইদৌরিবনো? মখোয় অনী লাকহৌরে হায়দুনা ঙসাইনা পাউ য়ৌরকখ্রবদুদি।"

ঙাইহাক তূমিন্না লৈনখি। অদুদগী নুংশাসোর থবেৎ থবেৎ ফিংলপ তৌনা হায়রকই- "লাক্লে লাক্লে, শকথি। ফিভম শেম্মো।" অনীমক ইফিং ফিংবগুম তৌই।

মতম অদুদা হেমন্তসু লম্বীগী মাইকৈ অমরোমদগী লাক্লুনা মফম অদুদা থুংলে। সন্ধ্যাগা মহাকপু থিল্লকপা নুপাদুগসু মফম অদো য়ৌরকই। মখোয় অতোপ্পা খুন অমত্তা চৎলুবনি। শকথিনা পাউ ফংদুনা নুমিদাংবাইরম মখোয়না হল্লকপগী তাঞ্জা অদো ঙাইদুনা লৈরম্বনি। মখোয়না হেক য়ৌরকপগা মতাং চারে খন্দুনা শকথিগা মমান্নবদুগা হেক থোরকই- থীনবা য়াদ্রে মতাগুম। মখোয়গী মওং-মতৌ অদো হেমন্তনা লাপ্তুক উই, মওং অমনি খন্দুনা লাউরকই "কনা কনানো? সন্ধ্যাগী মতু নামতা শোকপদা ঙসি নথবায় মাঙগনি খল্লু। শকথি ! নথবায় হিংনীংলবদি চেনখো, নৎত্রবদি থাঙ চাজনি।" অসি হায়রগা থুনা য়াঙনা চেনশিল্লকই।

হেমন্তনা চেনশিল্লকপদো উবদা শকথিগা মমান্নবদুগা ঙাইহাক তিংঙক-মায়ঙক্লে, করি তৌসিগে খনফম থোক্তে, অসুম হায়না হেমন্ত থেংনগনি হায়বসি খল্লুদে। চেনখ্রসিরা চেনগনুসিরা খল্লকই। থৌনা খরা লাক্লুনা খল্লকই- 'করিগী চেনগনি? নুপামচানবু তৌগনি হায়দুনা চঙশিল্লবদি করিগী মায় ওনগনি? থোক্লবা অমা লাকচনি, থেংনবা তারে।' অদুদগী অমুকসু খল্লকই- 'হেমন্ত হায়বা নুপাসে মশা মউ ফবনি, থাং-তাসু হৈ। মাগা থেংনবা অরায়বা নত্তে। মহাক মথন্তা ওইরবদি খরদুম ফৈ, সন্ধ্যাগা নুপা অমগসু লোয়নরি।' অমুকসু খল্লকই- মহাক্না তৌগে খল্লিবসি অফবা থবক্তি নত্তে, অরানবা থবক্লি। মদুগীদমক্তা কোক্কাই-লুক্কাইবা মরম চাদে । মসি হেক খল্লুবা মিৎকৃপ্তা মহাক চেনখিবনা চুমগদ্রা খল্লকই। অদুদগী পম্থরমদ্রে। হেমন্ত য়ৌরক্তিঙৈদা মখোয়না ঙসাই থোক্লকপা জঙ্গল মচা অদোমদা চেনশিন্দুনা মশা লোৎনবা হোৎনখ্রে।

মখোয়না চেনখ্রবা মতুংদা হেমন্তগা সন্ধ্যাখোয়গা থেংনরে। হেমন্তনা লাউখিবদো সন্ধ্যানা তাখিবগুম তৌখি, অদুবু করিনো হায়বদুদি চপ-চানা খঙহৌদ্রে, অদুনা হংঙকই - "করিনো হৌজিক্কীদো তা-হেমন্ত?"

হেমন্তনা রা চাউথোক্লগা কান্নদে খন্দুনা হায়রকই - "এরা করিসু নত্তেদা। হূরানবা কাঙবু ওইরমাল্লে। সনা-লুপা য়াওরবদি মুনগদগী তৌরিবা জাৎনি। অদুদা মওং চাররোই খন্দুনা চেনখ্রমাল্লে। করিমতা কিরুনুদা ঐ য়াওরিসিদি।"

অদুদগী মখোয় অহুম রারী শান্নদুনা চৎমিন্নরকই। হেমন্তনা রারী জাৎ জাৎ হৌদোকই - লম্বী চৎপদা কির-কিরবা খুদোং থীবা নংবগী রারী কয়া । রারী নুংঙাইনবা

অমদি মশাবু থৌনা ফবা মীনি হায়বা খঙহন্নবা মশা-মরেং সম্মুখোন কয়াসু হাপচিল্লি। সন্ধ্যাগা লাকমিন্নবা নুপা অদুনা "কন্না চৎসি, থেঙশিনগ্রবদি খুদোং থীবা য়াই" হায়না খোঙথাং কন্না থাংবা হৌগৎলি। হেমন্তদি লম্বী অদো শাংহন্নীংবনি, ব্বারীসু লোইশিন্নীংদবনি। অদুবু অসুম অসুম চৎপবু লেপত্রবদি য়ুম য়ৌবসু নাইরকই। সন্ধ্যাখোয়গী কোম্বোং তান্না মখোয়বু থিনজিনবিরন্নগা হেমন্ত লৈহৌরে।

## মরি

নুপী খাইনবা

নুমিদাং ময়ুমদা হল্লক্লগা হেমন্ত মরাল অমত্তা লৈজদবী শেফালীদা ইশৌ লাংবা হৌররে- "চৎখরো, ঐগী য়ুমসিদা মিৎকূপ অমা ফাওবা লৈরগনু। নহাকুম্বী ওক্তবী, লমচৎ-নাইদবী নুপী ঐঙোন্দা করিমতা দরকার লৈতে। হয়েং নোং হেক ঙানবগা থিন্দোকপিরগে । কুইথরক্লবদি মান-ইজ্জৎ য়াওরক্লোইদৌরি, অদুনা হান্না থিন্দোকপিহৌবনা ফে।"

শেফালীনা ভাব-মেন তাদদুনা ইতপ-তপ্না হায়রকই- "করি তৌরবগে অদুক য়াম্না শাউরিবদুবু? ঐবু ভাব তাবা অমত্তা ঙমদ্রে।"

হেমন্তনা অমুক হেন্না শাউবগী মওংদা হায়রই- " হৌজিক্তি কদায়দগী ভাব তাবা ঙমগদগেদো ! নশানা তৌরুবা থবক নশানা করম হায়না ভাব তাগনি?"

"করিনো হায়রিসিবু, ঐবু মথোং-মরম অমত্তা খঙদ্রেনে।"

"মথোং মরম অমত্তা খঙলোইয়ে। অদো, ঙসাই নুংথিল কদায়দা চৎলুই? হৌজিক্তি কমদৌরে ভাব তারব্রা !"

"কদায়, ঐদি অতোপ্পা মফম কদায়দসু চৎলুদেনা। ঐনা চৎলুবদি সন্ধ্যাখোয়দনি।"

"সন্ধ্যাখোয়দনি হায়বা ! সন্ধ্যা অদো কনানো? লৈকাইনা ঙাঙনরিবসে

তাদ্রবরা, খুন্না ঙাঙ্নরিবসি তাদ্রবরা? মহাক্কা তিন্নদ্রবদি য়াদ্রবরা? লেমগ্রেদা! মহাক্কা িন্দ্রবদগী নঙসু মহাক্কী মতৌ তন্নরুনি, মহাক্কী শাজৎ চৎলরুনি, অদুদগী ঐখোয়বু লুকমায়দা য়োন্নরুনি। লুকমায়দা হাপ্পিদ্রিঙেসিদা নঙ চৎপিগ্রো, ঐখোয় ফজ-ফজনা লৈনবা তৌজরগে।"

সন্ধ্যাবু কনানা করি হায়না ঙাঙনবিরিবা শেফালী খঙদে। মখোয়গী ইম্মুংবু অশেং-অমাং নাইদে হায়না লৈকাইনা খুন্না খরা পাউথোকপি, অসিতনি। সন্ধ্যাগুম্বী মগুণ-লৈবী লমচৎ ফজবী লৈশাবীদি কাবক তাঙই, মখোয়গী খুন্দদি লৈবু লৈতে। মপুরোইবনা অদুগুম্বী লৈশাবী অমবু বদনাম তৌবিরিবদো তাবদা প্রতিবাদ কন্না তৌসিরা খল্লি শেফালী, তৌইগুম্বসুং মহাক্না খুন্নুরবদি হেন্না শাংথরকপা তারে হায়দুনা তূমিন্না লৈথোক্লে। বাহে অসিমতংদি তপ্পপ্না হায়খি- "সন্ধ্যাগুম্বী নুপীদি অনী শুদেকো।"

তৌইগুম্বসুং হেমন্তগী ইশৌ লাংবদুদি লোইবা নাইবা লৈখিদ্রে। অদুবু শেফালীনা খুম্বিবা লৈত্রবনিনা মতোমতা কয়া কুইনদি ঙাঙগনি। খুৎ নামত্তনা খূবাক খুবা য়াবা হৌনদে।

•••

নোংঙাল্লগা শেফালীদি তূমিন্না লৈখরদবোই নীংই– নুমিদাং কদায়দগীনো নুংশিৎ অপাইবী অমা লাক্লুনা তৌরিবনি, ঙাইহাক শাউদুনা ঙাঙজরিবনি খরা ঙাঙনা হৌনৈ হায়দুনা। খরা ঙাঙ্বা হায়বসি নুপাগীদি হৈনজবীনি। কয়া কুইনবু করিসু নত্তবা বাফম অমদা শাউবা য়াগদগে?

তৌইগুম্বসুং মহাক্না খল্লম্বদো লাল্লম্মে, লোইনা ওন্নরে। হেমন্তদি ঈংথবা লৈখিদ্রে। নোংঙানবগা হেমন্তনা হায়রকই - "নফি-নরোল শেৎচিল্লো, নহাক্না পুগদবা পূম্নমক য়োমশিল্লো।" হায়রিবসি তাবদগীদি শেফালীদো করিনো হায়বা বাখল অমা তৌরক্লে। অহন-লম্মনশিংনা করি হায়রকদগে হায়দুনা ফনা কুইনা ঙাইরম্মি। অদুবু মখোয়না তূমিন লৈবদো উবদা কাইনথংদা শেফালী মফি-মরোল য়োমশিল্লে, অহন-লম্মনশিং খুরুম্লগা থোরক্লে মপাম লমদম তম্নক্লে।

অদুবু শেফালী মমোন্দা করিগুম্বা ফত্তবা চিংনবা অমত্তা খল্লমদে। হেমন্ত শোয়দনা জ্ঞান তারক্কনি, অরানবদা যুম্ফম ওইবা ৱাফম অমনা কয়া কুইনা অচুম্বা শাগনি! হেমন্ত মহাক্কী মপুরোইবনি। মপূরোইবগী মফমদা নুপী ওইবীগী শ্রদ্ধা অদু কায়দ্রগা লোইরে। নুপী অমনা চংকদবা লীচৎ তৌগদবা মথৌ খনগদবা ৱাখল অদু চুম্না তৌরগা লোইরে। মসি নত্তনা মহাক্কী করিমতা উপায় লৈতে হায়বসি মহাক মুন্না ৱাখল তৌই।

# মরিশুবা পন্দুপ

## অমা

সন্ধ্যাগী চাংয়েং

ঋতু অম-মম মথং মথং মাক্কী মাক্কী মথৌ লোইনদুনা চৎনথ্রে। চৎহৌদ্রিবদি বসন্তদা ঙায়হৌরে। মাগী লীচৎতি অসিনি। চহীগী ইরোই লোইবা মতাংদা মহাক্কী মশক উৎলগনি। চহী অমত্তং মহাক্কা অতৈগী মাঙ থাগে খন্দে, ইতগ্গা তগ্গুনা ইমোন্তা মোন্দুনা লৈ। কনানা খঙগনি সৃষ্টিকর্ত্তানা ঋতু তরুক অসি মিং চনবা মতমদা বসন্তগী মিংনা খ্বাইগী অরোইবদা ইবিখিবরা !

সন্ধ্যাখোয়গী মমাঙদা লৈরিবা লৈকোন অদো মহৌশানা ফজবদা ফাওরিবা লৈকোন্নি। হৌজিক্তি বসন্ত চঙলবনিনা অমুক হেন্না ফজথ্রে, য়েংবগী পেনবা নাইদরে। মতম কুইরে, সন্ধ্যানা লৈকোন অসিদা কোয়রুদবা। ঙসিদি সন্ধ্যা লৈকোনসিদা লাক্লে, লৈকোনগী ফজরবা পূক্লিং হূরবা কুম্মৈ অদো য়েংলরে। মহাক্কা লৈকোন্নুংদা চঙলকপগা লৈকোন অদো হেন্না ফজথোরকপগুম তৌই, লৈকোন অসিদা চঙলকপদগী মাগী মশকসু হেন্না ফজথোরকই। তাঞ্জা অসিদা শকখঙদবা কনানা মহাকপু উরবদি মহাকপু লৈকোন অসিগী দেবীনি খনবদা চিংনবা পোকলোই। শকখঙদবশিংদি তোক্লদুনা মহাকপু খঙবা মীশিং ফাওবনা মহাকপু মফম অসিদা নুমিদাংৱাইরম অসিদা উবদা সন্ধ্যানি হায়বা পাক হায়বা ঙম্লোই।

নিংথিজৈদকো বসন্তগী মায়থোঙ, য়েংবগী পেনবা নাইদে । মতম অসিদা লৈকোন অসিগী দৃশ্যদি করি হায়না বর্ণনা তৌগনি! বর্ণনা তৌবগী লোন থিবা ফংদে।

লৈকোন অসিগী হেক চঙফমদা পারিজাত কৌবী লৈরাংনা মাগী মরী ময়াম শন্দোক্লদুনা চঙফম অদো কোয়শিন্দুনা অকোয়বদা য়েৎশিন্নদুনা লৈরি। লৈশাং তম্বগী মতম য়ৌরদুনা মরী খুদিংগী অশংবা লৈনা মরক্তা অঙাংবা লৈরাংনা ফুগায়না শাৎকাইরক্লি। খোইমুশিংনা ঙংনা ঙংনা পাইদুনা লৈহী চুপ্লি। লৈরাংগী লৈনম্না লৈকোন

অদু অমুক হেন্না মেঙনা ফজহল্লি। মাইকৈ মরিদা হৌরিবা উপাল-হৈপালশিং অদুগী মরক্তা কনাগুম্বনা য়েম্নীং হুনবা হৌরক্লি, কনাগুম্বনা অনৌবা ফিজোল হোংবা লোইরদুনা লেম্মা লৈরি। লৈকোনগী মনুংদা হৌরিবা লৈপালশিং অদুগী মনুংদা কনা অমনা ঐবু য়েংজসনু মতাগুম খোইরুম মোমোন মোমোন নোক্লা শাৎলি। কনাম্মা ঐগী মতম নত্তে হায়দুনা তৃমিন্না মমায় লৈথোক্তুনা লৈরি। কনাম্মা ঐগীদি মতম হায়বা লৈতে কুম্বী-কালেন নাইদনা শাৎকনি, শাৎপতনা ঐগী ইশিঙ্গাংনি হায়বগী মতাগুম হরাও মোমোন তৌদুনা লৈকা ফম্না শাৎলি।

লৈকোনগী উপাল-হৈপালশিং অদুগী শেঙলবা উশারক্তগী কোকিল কৌবী চেক্লানা নুংশিনা খোংলক্লি-কুহু কুহু। নুংশিরবা খোঞ্জেলদুদা পাউজেল অমসু য়াওরি- ‘হে তাইবংজীব পুম্বা, মতম খঙনা নঙগী নঙগী নথৌ তৌ। ঐসু বসন্ত লাক্লদুনা ইখৌ পোঙনা খোংলিবসিনি। অপাম-নুংশিগী মৈচাক্লা কনাগুম্বগী থম্মোয় কায়হল্লি হায়দুনা ঐবু ব্রারৌবা তৌগনু, শাবী-শানৌগী থম্মোয় কায়হনগে হায়না খোংবা নত্তে, মখোয়গী থম্মোয়দা অপাম-নুংশিগী ঈথক-ইপোম হৌহন্নবা ঐনা খোংবনি।’ অসি হায়রম্লগা অতোপ্পা উজাউ অমগী উশাদা অমুক তোংলুদুনা খোংলকই- কুহু কুহু।

কোকিলনা খোংবদো তারগা সন্ধ্যাগী মপৃক্লিং নুংওল্লকই। লৈরাংশিংনা শাৎলিবা মতৌ অদো কোয়না কোয়না চৎতুনা য়েংলকই। খোইমুশিংনা কোয়পাই কোইপাই পাইদুনা লৈহী চূপ্লিবদো উরগা ব্রাখলগী ঈথক-ইপোম হৌরকই। নুমিদাংব্রাইরমগী লিরি হুম্বা মালংবনা লৈশাৎ তম্লিবা লৈরাংশিংদা থেংলবদো উবদা থম্মোয়দা নুংশি ঈখৌরাংবা পোকহল্লি। মফম অসিদনি মখোয় অনীনা অঙাং ওইহরিঙেদা মরক মরক্তা লাকখিদো, ব্রারী কয়া শামিন্নখিবদো, মঙলান কয়া মঙমিন্নখিবদো। অদুবু হৌজিক্তি কদায়? কদায় আশা ময়ামদো ! কদায়দা লূপখ্রে!’ অদুদগী শাৎলিবা লৈরাংশিংদো য়েংলগা খল্লকই, -‘নখোয়দি কয়াতা হরাও-তয়াম্না হাই-হুম্না শাৎলিবা ! অদুগা লাইবক-চাউবী ঐদি নীংজবতনা...’

মতম অদুদা মাইকৈ অমরোমদগী অমুক অতোপ্পা কোকিল অমনা খোংলকই- কুহু কুহু। সন্ধ্যাগী মপৃক্লিংনা কোকিল অদুবু ব্রারৌই, মাগী ব্রাখলগী লংলা থদৎলি হায়দুনা। অমুকসু খল্লকই -‘মহাক্কী করিসু দোষ লৈতে, মতম য়ৌদুনা খোংজবনি। ব্রারৌফম থোক্তে।’

অসুম হায়না কোকিলদা ঙাইহাকমুক ঝারৌগুম মহাক মশাদমুক থিক্কার তৌদুনা লৈরিঙৈদা কদোমদগীনো ইখঙ-খঙহৌদনা কনানো অমনা কদোমদগীনো হায়বা তায়- “নুংশি-মৈচাক খাঙদুনা অদুম হায়না কয়া কুইনা লেনগদগে? ঙসিদি ঝা অমা খঙগে হায়দুনা লাক্লবনি।” ঝাদো তাবদা সন্ধ্যা ঙাইহাক তুমিন্না লেপ্পুনা লৈ – কনানো ঙাঙলিবসে, কনাদবু হায়রিবগে? হেমন্তগী মখোল মাল্লি, অদুবু থাজদে।

হেমন্তনা মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা হায়রকই- “করিগীনো তুমিন লৈরিদি? ঐনা নুংশিজবদি নহাক্তনি। নহাকথক্কী শেফালী খাইনগ্রবনি। হৌজিক্তি মতম মাঙহল্লনুসি। করি নুমিৎনো নহাক্লা অপাম্বতা হায়য়ু।”

হায়রিবা ঝাশিংদো তাবদা সন্ধ্যা পূমঙক ঙকখ্রে। হেমন্তনা মাঙোন্দা নোংমতা অসুম হায়না তৌদবনি। ঙসিনা করিনো মহাক্লা ঙাঙলরিবসিনা ? মকোক ফৎত্রদুনা ঝাখল চোইরদুনা ঙাঙলরিব্রা -“করিনো তাদো-হেমন্ত নহাক্লা ঙসি ঙাঙল-শক্লরিবসিব্রু? ঙাওরব্রা নঙবু, ভাব তাদদুনা ঙাঙলিব্রা?”

হেমন্তনা খুন্নকই- “ঐ ঙাওদে সন্ধ্যা। ঐ য়াম্না ভাব তানা ঙাঙলিবনি। ঐ মিহুন অমত্তা চোইদে। তশেংবনি ঐনা হায়রিবসি, পূক্লিংগী ঝা পূম্নমক নঙোন্দা ফোঙদোক্লিবসিনি। নঙ নত্তনা ঐ কনাবুসু নুংশিদে। ঐগী থবায়নি নহাক্তি, পুন্সিগী মুৎলরোইদবা ঙাল্লবা থাউমৈসু নহাক্লি, নহাক্লি ঐগী পুন্সিগী লোইনবী। হায়য়ু সন্ধ্যা, মতম মাঙহন্দুনা কান্নদে। হৌজিক করি তৌসিগে হায়বদু হায়য়ু।”

অসি হায়না হায়না সন্ধ্যাগী মনাক্তা তপ্না তপ্না চঙশিল্লকই। মহাক্কী মতৌ অদুদা সন্ধ্যা চান্ননা কিশল্লক্লে। নুমিদাংঝাইরমগা ওইবনে অতে কনা লৈত্রবা মফম অসিদা মহাক্লা তৌগদবা গতিসে করিনো ? ঙাইহাক অদুদা মপূক্লিংদা ঝাখল অমা খংলাক লাক্লে। অদুঙৈ মহাক্লা শরৎপু বিদায় পীবা মতাং অদুদা শরৎনা মঙোন্দা ছুরি অমা পীরগা হায়রমই- “মসিবু মতম খুদিংদা ঐহাক্লি খল্লু। অঝাবা মতাংদা অসিগী মতেঙ লৌ।” শরৎনা পীরম্বা ছুরি অসিগী মতেঙ লৌরগে খল্লে। মহাক্লা ঙসি সম্বল-বিহীন ওইবা মতাং অসিদা ছুরি অসিগী মতেঙনা নুপী ওইবীগী সতীত্ব কল্লগে খল্লে। মহাক্লা শরৎপু অমসুং শরৎনা মহাকপু তশেংনা নুংশিরন্নবদি ঙসি ছুরি অসি লেম্না মাঙলোই হায়বগী থাজবগা লোয়ননা মাঙোল্লোমদা চঙশিল্লক্লিবা হেমন্তবু য়েংদুনা শাউবনা কোকতোন লোম্নবী নোংশা অমোমগুম লাউরকই- “তাদো-হেমন্ত, চঙশিল্লক্লনু। হকচাং শোক্লবদি

খুদোং চারোই। মশাগী ইজ্জৎ খঙবা নুপীশিংনা সতীত্ববু খক অপমান পীবা তৌরোই।"

হেমন্তনা করিমতা থৌশাবা তৌদনা চগশিল্লক্তুনা সন্ধ্যাবু শোক্কে তৌবদা সন্ধ্যানা মখ্বাঙদা য়াওরিবা ছুরি অদো শৎ শত্তোকতুনা হেমন্তদা থিনগে তৌই। থিনবমক্তি থিলহৌদ্রে; ছুরিগী মখোক অদুনা হেমন্তগী নারুমগী শরু অচৌবদুদা কাক লাউনা কন্না পাল্লুরে। কন্না থামনখ্রদুনা ঈ ফ্রু ফ্রু থোক্লকলে, হেমন্ত মফম অদুদা ৱাম্বুদুনা তাখরে। তুংলোমদা অমুক হন্না য়েংলম্বা তৌদনা সন্ধ্যা ঙমজবা পাঙ্গল থাদুনা চেল্লক্লে।

পূং অমরোম লৈরগা হেমন্ত জ্ঞান তারক্লে। মমিৎ পাঙথোক্তুনা য়েংবদা মনাক্তা কনামতা লৈবা উদ্রে। সন্ধ্যাদো মনাক্তা লৈরমগদবোই খনবনি। অদুবু কদায়? মাদুনা য়েংবদা নারুমদা চাউনা পোল্লম্বা থেংনরে, ঈ হৌজিক ফাওবা থকত্রি। খরা থীনা শোকপা মাল্লি।

অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা, মতোমতা অমুক হৌগৎনবা হোৎনবদা তুশিল্লে। মপূক্লিং খঙহৌদনা নীংঙমহৌদবা অমা পোক্লকই। মহাক্না সন্ধ্যাবু লান্না খল্লুবা অমসুং তৌখিবা অকায়বা ব্যবহার অদুগীদমক মতোমতা ইকায়জরকই।

## অনী

অরোনবা অভিসন্ধি

শরৎখোয়গী এম এ পরীক্ষা লোইরে। ছাত্র খরনা পরীক্ষা লোইরবনিনা অতৈ থবকসু লৈতে দেশ কোয়হৌখিগে হায়না থৌরাং তৌনরি। শরৎপুসু মখোয়না হৌবনি। মহাকসু ময়াম্না চৎপদুদা য়াওনীংলম্বনি। দেশ কোয়্নদুনা অনৌবা কয়া উরুবদগী অনৌবা ৱাখল কয়া ফংবা য়াই হায়বসি মহাকসু নীংথিনা খঙই। তৌইগুম্বসুং ময়ূম নুংশিবগী লীচিংনা মহাকপু কন্না চিংলক্লে। অসুক কুইগ্রবা চহী মরি অসিগী মনুংদা অমুকখক্তং নুমিৎ খরনিগী ওইনা ময়ূমদা লাক্লম্মি। মপানা কুইনা লৈহনখিদে নত্তবা সঙ্গ তৌরক্কনি, ওক্তবা লমচৎ তন্নক্কনি হায়দুনা।

হৌজিক্তি পরীক্ষা লোইরবনিনা ময়ূমদা থুনমক চৎনীংলে। কলিকাতা শহরগী নিলখোংবা মরক্তা হৈনরক্লে। প্রকৃতিগী ঈংলবা লীলাক্ষেত্র নিল-খোংবা লৈত্রবা মরমদম উনীংবগী ঈথৌরাংবা অমা কন্না পোক্লক্লে। মরমদমগী লীচিং অদুতা নত্তনা অতোপ্পা অকনবা লীচিং অমসু য়াওরি। শাবী-শানৌশিংদা মসিগী লীচিং অসি য়াম্না কল্লি। অদুনা পরীক্ষা লোইবগী নোংঙানবা ঙাইঙমদনা মফি-মরোল য়োমশিন্দুনা ময়ূম পাংলক্লে।

ময়ূম থুংলবদা নুংঙাইজবগা লোয়ননা ময়ূম অমদি মখুলনা মশক ওল্লন্নিবা অদুসু উরে। করিগী ওন্দগনি? চহী অনী অসিদা য়ামদ্রবদা খরদি ওনফম থোকই। নুমিদাং তৃম্ন-হীপ্নরমদাইগা ওইবনে, মীচিক মরাওখোল থোইনা তাদবা তাঙ্গানি, কলিকাতাগী চরাং-মরাংনবা নিল-খোংবদুগা কয়াদি খেন্নরে। প্রকৃতিগী মতম্বাক্তা ঈংনা তপ্পা শান্নরিবী মহাক্কী পোক্লফম লমদমগী নুংশিরবা নৌরবা সুর অমনা মাঙোন্দা শান্তিগী লাইজ ঈরীক খিকপিকগুম তৌরি।

ময়ূমগী মীশিংসু মাবু উবদা হরাওবগী ঙমখে লৈতরে। য়ূমগী মী অমসু অমসু মাঙোন্দা ব্রা অমা নৎত্রগা অমা পঙহংঅ হুংই। মমা ওইবী অদুগীদি করি অমুক হায়রুগনি ! মতম কুইনা মাঙলূরবা মণি ফংবগী হরাওজবদুনি। অসুক কুইবসি মচানা বিদেশতা য়াম্না লাপ্না লৈরিঙেসি মমা ওইবী পূক্লিংনা তংদাফম খঙদনা লৈরকপনি। মীরৈবাক্তুদা মচানা করম হায়না ৈেরিবা, নুংঙাইনবু লৈরিগদ্রা ব্রানবু লৈরিগদ্রা, তৃম্বা চাবা থকপা মওং চারমগদ্রা চারম্লোইদ্রা, নাব-য়েকপা থোক্লগা মীরৈবাক্তুদা কনানা য়েংবিরমগনি-অসিগুম্বা ব্রাখল ময়াম অসিনা মমাবু পোখাফম খঙহল্লমদে। ঙসিদি অব্রাবা পূম্নমক পূংকোক কোকপ্লে, মশা পূম্নমক খংয়াং য়াংবগুম তৌপ্লে।

তৌইগুম্বসুং পংকুই কুইদনা শরৎকী ব্রাখলদা চিংনবা অমা পোক্লকই। ময়ামগী ব্রাঙাং-ব্রাতা মখোয়না শান্নরিবা ব্রারী তারগা করিনো অভিসন্ধি অমা লৈবগুম মঙোন্দা ফাওরকই।

মহাক্কী মামগী মচানুপী পিশক অদুনা হায়রকই- "ইতৈ, হন্দমুক্তি..."

"করিনো হন্দমুক্তি হায়রগা লেপখ্রবদি? হায়যুনে করিনো হায়গে তৌরিবদো।"

"হন্দমুক্তি ঐখোয় ময়াম লাইরিক ফজ-ফজবা ফংলনি হায়বা। লোইনমক্তগী ফজবদো ঐঙোন্দা পীগদবনি। অতৈদা পীরবদি ঐ য়ায়া শাউগনিকো।"

" হোয় পীগেনে। অদো কৈদৌরবা?"

অঙাং অদো মখা তারমদনা চেনখি।

অঙাংশিং পূম্নমক তূম্নখ্রবা মতমদা মমানা চংঙক্লুনা কনা তাখিগনি মতাগুম হায়রে- "শরৎ, মমা-মপানা হায়বা ইনবদি অফবা অঙাংগী লমচৎনি। অদুনা নঙসু ঐখোয়না হায়বা ইনগদবনি, ঐখোয়না হায়বা ইন্দবা য়ারোইকো।"

মমানা থৌওইনা অসিগুম্বা ব্রা হায়ররিবসি করিগী ওইরিগদবা মহাক ভাব তাদে, অদুমকপু চুম্না ইচম চম্না অদুম খুমই- "করিগী ইল্লোইদগে? পিশক পিক্লিঙৈদগী হৌনা নোংমতা নখোয়গী ব্রা ইন্দবা য়াওখিব্রা ? মমা-মপানা হায়বা ব্রা ইনবা হায়বসিদি মচাগী অথোইবা ধর্ম্মনি।"

মমানা করি অমুক মখা তারমদ্রে, কাংখল অদো থাদবিরম্লগা "তূমহৌরো থেঙখরে" হায়রম্লগা চৎখ্রে।

মমানা চৎখ্রগা শরৎ মথন্তা ফমুং মথক্তা খল্লি—করিগীনো ইমানা ঙসি ইনৌ নৌনা ব্রা অমা হায়ররিবসে । মহাকপু খঙহন্দনা করিনো অভিসন্ধি অমা মনুং মনুংদা লৈরব্রা? ময়াম্মা ঙাঙন-শক্লরিবা মওং-মতৌদা করিনো মশক উদবা নুংশিৎ অমা শিৎপদৌনা তৌরি, করিনো ভাব অমা তৌনবগুম উরি।

### অহুম

হৈকন-লাকন পুবা

নোংঙাল্লগা ফমুংদগী কূমথদুনা নোংপোক থংবা থোঙনাউ অদো হেক হাংদোকপদা শরৎ নুমিৎনা তরং তরং হুন্দোরকপদো উরুবদা পূমঙক ঙকখ্রে — সংসারগী ফজবা হায়বসি মপান নাইদবোই ! অয়ুক্কী লিরি লিরি শিৎপা নুংশিৎনা লৈরাংগী নুংশিরবা

লৈনম হুমদুনা পুরক্লি। ওন্তা হৌবা উচেক-ৱায়াশিংনা মাক্কী মাক্কী মপাংশিংবু কৌদুনা খোংলি, খোইমুশিংনা শাৎকায়বতা ঙায়রিবা লৈরাংশিংগী লৈহী চুপ্লি। ময়াম অসি উরুবদা থম্মোয়দা করিগীনো খঙদে মরাঙ হৌরকই, ঙসিগী অয়ুক অসুম হায়বা পূক্লিং শুদ্ধৎনীংঙাই ওইবা অয়ুক অমুক্তা উখিদ্রিবদৌনা তৌরকই।

অয়ুক্কী নৌরবা মেঙলবা পূক্লিং হুরবা দৃশ্য অসি য়েংন-য়েংনা শরৎনা খল্লকই-সংসার অসিদা অৱা-অনা পূম্নমক লোইনা কোক্লদুনা হৱাও-নুংঙাই ঙাক্তা ঙায়রবোই। তৌইগুম্বসুং মহাক্লা খল্লম্বা পূম্বা লোইনা চাইখরে।

নুমিৎ মাঙ্গোন ময়াই য়ৌবা মতমদা মহাক্লা মতম কুইনা উন্নখিদ্রবা মরূপ-মপাংশিং উন্নরুগে অদুগা সন্ধ্যাখোয়গীদসু চঙলুগে হায়না মফি-মরোন শেৎলিঙেদা মনাক্কী কা অদুদা মৌ খরনা ঙাঙনবা তায়- "চৎলসি থেঙশ্রে। হোরেন আদা কুইনা ফমদুনা ৱারী শান্নরুসি।" অমনমুক হায়- "নখোয়গী অদু-অদাকা ঐ খঙদে। ঐদি নুপী অদু য়েংলক্কদৌরিবনি।"

মখোয়গী ৱা অদো তাবদা শরৎনা খল্লি- 'মখোয়না ঙাঙনরিবসিবু কনাগী মরমদনো? ঐগীরা নৎত্রগা কনাগীনো?"

ঙাইহাক মতুংদা নুপী অমনা হায়বা তাবদা ঙংলম্বা নোংদো মাঙশ্রে, অদুবু ইথা থাজদনা মকোক্তা বজ্রনা পানবগুম পাল্লরে। শরৎ ঙাইহাক জ্ঞান মাঙই। নুপী অদুনা শরৎ তানবা হায়দুনা লাউনা হায়রকই "য়াম্না উল্লঙবা য়ারোই হায়য়ু। ঐখোয়গী শরৎকুম্বা নুপা ফংজবদি চহী কপ্ল অমা লাই নীংদুনা ফংজবনি। মাগুম্বদি লৈপাক অসিদা থিদুনা ফংলোই।"

চিংননীংঙাই লৈত্রে। মহাক্কীনি তৌরিবা পূম্নমকসে। হৈকন-লাকন পুবনি। লাঙজরগে ঙাঙজরগেতা হায়দুনা লৈবী লৈকাইগী মৌশিংনি মথুম-মরাঙ হৌররিবসে।

মরূপ-মপাংশিং উন্নরুগে হায়দুনা মফি-মরোল শেত্তুনা থোক্লগে হায়না তৌরম্বা শরৎ থোকপা ঙমদ্রে। মখোঙ থাংবা ঙমদ্রে। মপূক্লিংদা ৱাহং অমনা ঙাইহাক কাংদনা হংলকই- 'ঙসি ঐগী হৈকন-লাকন পুগদৌরিবনি হায়দুনা লাঙলিবসিবু করম্বা লাইবকথীবী নুজাদনো? ঐদি সন্ধ্যা নত্তনা কনাবুসু লৌরোই হায়দুনা মতম অসুম কুইনা নীংদুনা লাক্লিবনি। অদুগা ঙসি ইখঙ-খঙহৌদনা শকমায় খঙনদবী নুজা অমনা কদায়দগী চোংথোরক্লুনা ঐগী নীংবা কায়হনগে থৌরাং তৌররিবনো?

তৌবগীদি মাগীদি মরাল লৈজরমদবা য়াই। মহাক্না লৈগদৌরিবা নুপা অসিগী নীংজবা অমা লৈ হায়বা খঙলবদি মহাক কৈদৌঙেদসু য়ারোই। কনানবু খঙনা খঙনা লাংদা থুনীংবগে?

## মরি

মিলন

অয়ুক অদো মপান্দা চৎথোক্লুদ্রবসু নুংথিলদি য়ুম্নুংদা ওমশিন্দুনা লৈবা ঙম্লকত্রে, লৈনীংলকত্রে। মথোং মরম খঙদবা ব্রাখল কয়ানা মওল মওল তৌরক্লবসু কোযথোক্লুবনা ফৈ খল্লক্লে। অদুনা মফি-মরোল শেৎচিল্লে। থোক্লমদাইদা খল্লকই- 'ঙসি মখোয় ময়াম্না চৎখিবদো য়ানদ্রে-ককা হায়দুনা হল্লক্লবদি নুংঙাইগ্রনিদা, মপান নাইদবা সমদ্রুদা তাউজবা ঙমগনি।'

ব্রাখল তৌনা তৌনা য়ুমদগী থোরক্লে। লম্বী লমখাংদা মহাকপু উবদা মরূপ-মপাং অমদি অহন-লম্মনশিংনা হংই- 'করি নুমিৎ লাকই, পরীক্ষানা করম তৌরম্মি, অতৈ মখা অমুক তমথখিদ্রা?' ব্রাহং কয়ানি, হংফম থোক্লুনা নুংশিনা হংলিবনি। কন্নাগুম্বনা হায়- 'কুইনা উন্নমন্দদুনা নশক ফাওবা খঙলুদ্রে।'

মখোয় ময়াম্না হংলিবা ব্রাহংশিংদো শম্না শম্না খুমই শরৎ। মখোঙদি থাংবা লেপ্পে, ময়াম্না হংলিবদুদা পূক্লিং থোইনা চঙলুদে।

সন্ধ্যাখোয়গী থোঙ্গাল মপা য়ৌবদা চঙসিরা চঙলোইসিরা খল্লি। তৌইগুম্বসুং লৈকোনলোমদা য়েংথোকখিবদা লৈরাং মরক্তা নুজা অমা উরুরে। সন্ধ্যানি হায়বা খঙলদুনা মনাক্তা চঙশিল্লে। করিগীনো সন্ধ্যানা চিন্তাগী মশক লৌরিবসিদি, পিরাংনা তরং তরং শিন্থুরিবসিনা করিগীনো?

মখোয় অনী অহানবা উন্নবদা হেক কৌনবা ঙমদে। ঙাইহাক লৈরগা সন্ধ্যানা হায়রকই- "করি নুমিৎ লাকপগে?"

"ঙরাং।"

"অদুগা করিগী থোক্লকত্রিবা? ঐখোয়বু কাউবিশ্রবোহ্?"

হেক-হাক খুন্না ঙমদে শরৎ। মমোন্দা ঙাইহাক কাংদনা ব্রাহং অমনা চক্ চক্ থিল্লদুনা ব্রাখলদা চম্মম্নহল্লি- 'ঙসি ঐগী হৈকন-লাকন পুবনি হায়দুনা পুখরে। ইমা-ইপানা হায়বা ইন্দ্রবদি পিশক-পিকঙৈদগী মখোয়না নুংশিনা য়োকপিরক্লগা মখোয় মপূক্লিং নুংশিখিগনি, ব্রারৌখিগনি, অদুগা অমরোমদনা সন্ধ্যা। অঙাং ওইরিঙৈদগী পূক্লিং থম্মোয় খঙনদুনা লাক্লবা সন্ধ্যা। কদোমদনো?'

শরৎকী মতৌ অদো উবদা সন্ধ্যাসু করিনোমা খল্লি, হায়রকই- "ঙসি বসন্তগী নুমিৎ অসিদা উপাল-ব্রাপাল উচেক-ব্রায়া ময়াম্না কয়াদা হরাও মথোই কাদুনা শান্নরিবনো ! পামেল উশাদা তোংদুনা কোকিলনা কয়াতা নুংশিনা খোংলিবা ! মালংবনা কদোমদগীনো হুন্নকতুনা লৈরাংশিংগা ঈথক ইপোম হৌহন্না শান্নরিবা। লৈরাংগী লৈনম হুমদুনা পুম্নগা খোইমুদা লৈরাংগী কোলোয় মপাউ তম্নুরি। খোইমুসু কোলোয়-মপাউ ফংবগা য়ৌরক্লি লৈরাংগী লৈকাদা। ঙসিদি হরাও-তয়াম্না লৈগদবা নুমিৎনি। চম্মনবা চিংনবা ব্রাখল পূম্নমক লংশেকখিদুনা ব্রাখল নুংঙাইনা লৈগদবা নুমিৎনি।" ঙাইহাক তূমিন লৈরুরগা অমুক মখা তাথরকই- "লাউ য়েংলুসি লাউ। অদুঙৈ ঐখোয়না অপরাজিতাদা সিঙ্গারৈ য়েৎশিনবিরম্বদো য়েংলুসি লাউ।"

অসি হায়রগা সন্ধ্যানা শরৎপু অদুঙৈগী অপরাজিতাগা সিঙ্গারৈগা য়েৎশিন্নদুনা হৌরিবা মফম অদুদা পুরক্লে। লৈরাং পাম্বী অনীদুনা মপূং ফানা তগৎ তগৎ হৌরিবদো য়েংদুনা সন্ধ্যানা হায়রকই- "অমনা তাংজবীনি, অদুগা অমনা তাংজবীগী পাম্বৈনি। ঙসি অনীমক্না কয়াতা হরাওনা শাৎমিন্নরিবা।"

শরৎনা খল্লি- ঙসিগী থৌদোক অদো সন্ধ্যানা খঙলগদি অসুম হায়না হায়গনি হায়বা থাজদে। অদুদগী হায়রকই- "সন্ধ্যা, ঙসি বসন্তগী নুমিৎ অসিদা লৈরাং পূম্না খোইমু পূম্না হরাও-নুংঙাইরম্বা য়াই। অদুবু ঐখোয়গী লাইবক্তা অদুগুম্বা হরাও-নুংঙাই অদুদি তমখিদ্রমাল্লে। নঙোন্দা ব্রা অমা হায়দোক্তবা য়াদ্রে। ঐখোয় অনীগীদি য়েক্লবনি ব্রা অসি। অঙাং ওইরিঙৈদগী ব্রাখল পূক্লিং অমত্তা ওইদুনা লাকমিন্নবা ঙসিদি কায়নৌ হায়না তমখ্রমাল্লে।"

শরৎকী ৱাদো লোইফাৎত্ৰগুদা কদোমদগী কনানো অমগী খোঞ্জেল অমনা হায়রকই- "করিগী কায়নৌ হায়না তন্নিবা?" নুপা অদো মখোয় অনীগী মনাক্তা লেপ্লরে। মৌ নহা অমসু য়াওরকই।

নুপা অদুনা হায়রকই- "করিগীদমক পূক্লিং লাওতক্লরিবনো? অশেংবা নুংশিবদি কৈদৌঙদা খাংঙুথক্তা মাঙবা হৌনদে। ঐ নখোয়গী ৱা পূম্নমক খঙই। ঐ তমগে তাও। অদুবু মদুগী মমাঙদা নখোয়গী নফমদা ভিক্ষা ওইনা করিগুম্বা অমতং নিজবা তারি। ভিক্ষা অদো শোয়দনা হাপকনি হায়খো, অদুগা মদুগী মতুংদা ঐনা তমগদবদো তমগে।"

অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা অমুক মখা তাথরকই- "ঐনা নখোয় অনীগী নফমদা য়াম্না লানখ্রে। ঐনা তৌখিবা ব্যভার অদো মী অতে ওইরবদি ঐবু ঙাকপিবা ঙম্লোইদবনি। অদুবু নখোয়দি পূকচেল চাউবনি, ৱাখল লৈবনি, অদুনা ঐগী ইরাল ঙাকপিবা ঙমগনি।" ঙাইহাক লৈরগা অমুক্তা হায়রকই- "ঙসি মরূপ অমনা মরূপ অমগী মফমদা ভিক্ষা নিজরি। হায়য়ু অমুক্তদি ঐবু ঙাকপিরে হায়দুনা। করিগীনো তূমিন লৈরিদি? ঐগী ইরাল কোকপিবা ঙম্লোই হায়রিব্রা?"

নুপা অদুনা ঙাঙলিবদো ভাব তাদদুনা শরৎনা হায়রকই- "করিনো নহাক্লা হায়রিবসিবু? ঐহাকতি পূমঙক ঙক্লে। মরূপ অমনা মরূপ অমবু করিগী ৱারৌগদৌরিবনো?"

সন্ধ্যানা মখা শমথরকই- "ৱারৌবা হায়রিবসিবু করিগীনো? মীওইবা হায়বসিদি করিগুম্বদা অরানবা তৌবসু য়াওই। মদু জ্ঞান তারকপা মতমদা অরানবনি হায়বা খঙলগদি ৱারৌফম লৈত্রে। মদুদা ৱারৌবদুদি অপঙবনি।"

মখোয় অনীগী ৱাদো তাবদা নুপা অদো মমায় মকা লামথোরকপগুম তৌই।

নুপা অসি হেমন্তনি। মহাক্লা নোংমা সন্ধ্যাদা লাম্না ৱাখল তৌদুনা ফাগে তৌরুবা অদুগী ঙাকপিয়ু হায়গে লাকপনি। মহাক্তা লোয়নরক্লিবী অদুনা শেফালীনি। শেফালীবু হেমন্তনা মপামদগী লৌরুবা কুইদ্রি। হেমন্তনা শেফালীবু লৌরুরে হায়বা সন্ধ্যাসু খঙলমদ্রি। ঙসি মখোয় অনীবু পূন্না উবদা ঙকসু ঙকই, নুংসু নুংঙাইরে।

হেমন্তনা হায়রকই -"অদুদি নুংঙাইবা পাউদো তন্নগে। ঙসি নঙগী হৈকন-লাকন পুবনি হায়দুনা চৎলুবদো ওইরক্লে হায়না তারি। নুপী অদো ঙরাং অহিঙ নুপা

অমদা চেনখ্রেসু হায়, অদুগা নুপী ময়ুমনা ঙরাং অমুক পাঞ্জি য়েংলুবদা পাপ্পা নংত্রগা লুপ্পা তাউ হায়বা লৈ হায়রকপদগী মপূবোক অদুনা সুকয়ামক য়াদ্রে হায়ব্রা করিনোসু হায়। হৌজিক্তি মথোং মরম খণ্ডবা নোংহৌ অদো চৎপ্রবনিনা অতিয়া ময়েক শেংলে, নখোয় অনীগী ব্বারুফম করি অমত্তা লৈতে। ঐনা নখোয়গী অহন-লমনদা হায়নদুনা থা অসিগী মনুংদা থবক ওইনবা লাক্লগনি।"

অসি হায়রগা হেমন্তনা শরৎকী মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লি, শেফালীসু সন্ধ্যাগী মখুৎ পায়দুনা চিংশিল্লকই। অদুদগী অমুক্কা হায়রকই– "সিঙ্গারৈ অমসুং অপরাজিতা অনীনা অরেম্বদা মকা ফন্না শাৎচবা নত্তে। অশেংবা নুংশিবগী ফিদম মখোয় অনীনা উৎলিবনি। ঙসি নখোয় অনীগী মিলন উবদা ঐখোয় অনীগী মিৎ শুমহৎলে।"●






